# স্বপ্নবাসবদত্তম্

( মহাকবি-শ্রীভাসগী )



অনুবাদক

শ্রীলোরেম্বম ইবোয়াইমাসিংহ



মমল লুপা ৩.০০

প্রকাশক :—
শ্রীলোরেম্বম ইবোয়াইমাসিংহ
বাংখৈ লোরেম্বম লৈকাই।




অহান্ব সংস্করণ
জুন ১৯৬৭, কোপী—১০০০

মুদ্রাকর :—
জে, এম্, প্রিণ্টিং বার্কস,
মোইরাংখোম জন্মস্থান, ইম্ফাল।

# শান্তি পাঠঃ

ওঁ ভদ্রং কর্ণেভিঃ শৃণুয়াম।
ওঁ তাজসনু ইনাকোংনা মঙ্গলবাণী।
ওঁ শান্তিঃ! শান্তিঃ!! শান্তিঃ!!!

# উৎসর্গ

"পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যোমেভক্ত্যা প্রয়চ্ছতি।
তদহং ভক্ত্যুপহৃতমশ্নামি প্রযতাত্মনঃ॥ ২৬
যৎকরোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ।
যত্তপস্যসি কৌন্তেয় তৎ কুরুষ্ব মদর্পণম্॥" ২৭

গীতা অঃ ৯

"মনা, মপাল্, মহৈ, ঈশিং ভক্তিগা লোয়ননা
কচ্চব ঐঙোন্দা, লোই হয়াওনা ঐহাক্না,
ভক্তি থুদোল্ পুম্নমক্ মবুক্ শেংবশিঙ্গী।
অতৌব, অচাব, হোম-দান-জপ তৌব
পুম্নমক্, হে কৌন্তেয়! কথোকৃউ ঐঙোন্দা।"

শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু।

# ভূমিকা।

"স্বপ্নবাসবদত্তম্" কৌব নাটক অসি মহাকবি ভাসনা লেংব ঐতিহাসিক নাটকশিল্পী মরক্তা মমিং ফাওব অহান্ব নাটক অমনি। মসি ত্রিবান্দ্রম নাটক তবাহুমদোইগী অমনি। মহাকবি কালিদাসগী 'অভিজ্ঞান শকুন্তলম' গী মবমদা অতৈ comment পীনিডডাই লৈতনা মমিংত ভাবদা পণ্ডিতশিংনা শোন্নব অমসুং থাগংনবগুম্না 'স্বপ্নবাসবদত্তম' সু মথন্তনা অতুমক্ ফাওজরবনি। মতুগী খুদম্ ওইনা :—

> "ভাস নাটক চক্রেঽপি ছেকৈঃ ক্ষিপ্তেপবীক্ষিতুম।
> স্বপ্নবাসবদত্তস্য দাহকোঽভূন্নপাবকঃ"॥ ( সূক্তিমুক্তাবলী )

"The Svapna of Bhasa survived exposure to the fire of criticism, when his dramas were exposed to the ordeal by experts"—Keith Hist. of Sanskrit. Lit. P. XIII.

"Some have opined from the verse of Raja Sekhara that Svapna was a rival of Bhasa's work! This needs no comment, as it is obviously absurd."

শ্রীভাস, কালিদাসগী মমাঙ্গী মহাকবিনি। মহাক অসি কালিদাস, বাণভট্ট, বাজশেখব, ভামহ, ডণ্ডীন্-নচিংবনা মমিংশোম্নবব অমস্থং য়াম্ন থাগৎনবব—মমি·চৎলব ত্রিবান্দ্রম নাট্যকাব কবিনি। থাইন-মমাঙৈদদি মহাক্কী মমিংত ওইনা তানরম্মী। খৃষ্টাব্দ-১৯১২ দা প্রস্তাবনাদা নাট্যকাবগী নাম যাওদব, ভাসনা লে·বনি হায়না নাটক তবাহুমদোই/তবামবি গণপতি শাস্ত্রীনা আবিষ্কাব তৌখি। পণ্ডিত খবনদি নাটকশিংসি মহাকবি অসিগী original production নি হায়বসিদা চি৲নবি , অহুমক্পু, ময়াম্নসি, ভাস অমদি মহাকবি অতৈগী production শিঙ্গী classical dramatic works গী Subsequent modifications নি হায়নৈ।

মহাকবি ভাসগী নাটকশিংসি পণ্ডিতশিংনা group তোঙান তোঙান্না খায়দোক্লম্মী। মহুদি :—

| সরূপ অমস্থং পুসল্কাবগী মত। | দেববরগী মত। |
| --- | --- |
| (ক) উদয়ন অমদি ঐতিহাসিক নাটক :— স্বপ্নবাসবদত্তম, প্রতিজ্ঞাযৌগন্ধরায়ণম্। | (ক) স্বপ্ন, প্রতিজ্ঞা, অবি. চারু। |
| (খ) Fiction অমদি মূল নাটক :— অবিমারকম্, চারুদত্তম্। | (খ) রামায়ণ :— প্রতিমা, অভিষেক। |

(গ) **মহাভারত নাটক**ঃ— বালচরিতম, দূতঘটোৎকচম, দূতবাক্যম, কর্ণভাবম, মধ্যমব্যাযোগম, পঞ্চরত্নম, উরুভঙ্গম।

(গ) **মহাভারত**ঃ— পঞ্চ, দূতবাঃ, মধ্যমব্যাঃ, দূতঘটোৎ, কর্ণভাঃ, উরুভং।

(ঘ) **রামায়ণ**ঃ— প্রতিমানাটকম, অভিষেক নাটকম।

(ঘ) **কৃষ্ণ**ঃ—Legend—বাল চরিতম।

অমামা ওইববস্থ, স্বপ্ন, প্রতিজ্ঞা, প্রতিমা অমস্থং চারু, মবি মসি মহাকবি ভাসগী শ্রেষ্ঠ নাটক্নি।

মহাকবি কালিদাসনা 'মালবিকাগ্নিমিত্রম' গী প্রস্তাবনাদা মহাক্কী মথক্কী নাটাকাব অহুমগী নাম্ পল্লম্মী—ভাস, সৌমিল্ল অমস্থং কবিপুত্র।

"প্রথিত যশসাং ভাস সৌমিল্ল কবিপুত্রাদীনাং প্রবন্ধানতিক্রম্য বর্ত্তমানকবেঃ কালিদাসস্য কৃতৌ কথং বহুমানঃ"।

শ্রীভাসগী মরম্ অমদি মহাক্কী রাহৈশিং quote তৌবা ভামহ, ডণ্ডীন্, বাণভট্ট, রাজশেখর, অভিনবগুপ্ত, ভোজদেব, সারদাতনয়, সর্ব্বানদ, রামচন্দ্র, গুণচন্দ্র, জয়দেব, সাগরনন্দিন, শকুন্তলব্যাখ্যাদা থেংনগনি।

মহাকবি অসিগী রারি শাবগী style শন্মী, লায়, লেম্না ফজ্জে অমস্থং চংনবি ঙাক্তনি। অহুনা পতঞ্জলিগী মতমদা সংস্কৃত কথ্যভাষা (ঙাঙ্‌নব লোন) ওইরম্বগুম্না ভাসগী মতমদস্থ

ওইবস্মী হায়না খ্বায়না লৌনৈ। অতুন, ভাস পানিনিগী মতুঙ্গী অমস্নুং কাত্যায়নগী মমাঙ্গীনি। ( 350 B C. ) গণপতি শাস্ত্রীনদি মহাকবি অসিগী মতম কৌটিল্যাগী মমাঙ্গীনি ( 4th century B. C. ) হায়। অতৈ Indian অমস্নুং European scholars না 3rd century A D নি হায়।

কলিকাতা, পাটনা, এলাহাবাদ, বেনারস-নচিংব Principal University শিংদা নাটক অসি বি, এ, ( Sanskrit ) দা তৌই। অক্ষাওব নাটক ওইবদগী 'মণিপুরী' দা লৈহন্নিংবদগী অনুবাদ তৌজবনি। য়াবমখৈ মূল কাযদনা অমস্নু' Manipuri colloquial স্নু কাযদনা হন্দোক্চবনি। লান্দব ওস্ব নত্তে মী হায়বসিদি অতুনা মহাশয স্নুধীশিঙ্গী চবণদা আত্মসমর্পণ তৌজবি।

সংস্কৃত শ্লোক্শিং অয়াবমখৈ ছন্দশাস্ত্র কায়দনা ইজে, অতৈনা মণিপুরী ছন্দদা ইজে। মসিদা মণিমালা, জলধবমালা, ইন্দ্রবংশ, বিশ্বদেবী, লোলা, অনুষ্টুপ্, দীঘ ত্রিপদী, শালিনী, বসন্ততিলক, ত্রিষ্টুপ্, নান্দীমুখী, বিদ্যুন্মালা, পয়াব, গায়ত্রী, লঘুত্রিপদী-নচিংব সংস্কৃত অমস্নুং বাঙ্গালা ছন্দশিং অতুগা Iambic অমস্নুং Trochaic নচিংব শিজিন্নতুনা ইজবি। মখোয়সিগী মরমদা মচা খায়না পবিশিষ্টদা ইজবি।

মসিদা শ্লোক ৫৭ য়াওই। মসিগী মনুংদা শ্লোক ২০ না মমিং লৈতব মনিপুরী পদ্য, অতৈনা সংস্কৃতনচিংবগী ছন্দ ওাক্তনি। জগৎ অসি ছন্দময়নি; ছন্দ য়াওদবা কবিতা কবিতা কৌনদে

কবিশিংনা। 'মহাজন গতোযেন স পন্থা'--মহাজনি খোঙ্গুন মতু' ইন্দুনা দেব ভাষাগী ছন্দদা মনিপুরী কবিতা ইজবনি কনাগুম্বনা ভাষা অমদা অতোপ্ন ভাষাগী ছন্দ পান্দুনা ইববদি ভাষা অতুগী original ভাষা ওইদ্রে হায়না লৌনৈ অতুগা চংনদে হায়নৈ। মসিনা অচুম্ব ভাববদি ছন্দ পান্দুনা মণিপুরীদা ঈশৈ শক্রিব অসিবু মণিপুরী ওইনবা ভাবে। ছন্দ অমা পাম্গ কবিতা অমা ছন্দ অতুগী মতু ইন্না পাবদা Rhythm অমা তেক্তা পোক্রকুনা অপাবগী পুক্লিংদা নুডাইবা অমা পোক্রকই। নুডাইবা অতু ফংবদগী দেবভাষাগী নিয়ম নাইব ছন্দ মতু ইন্না মণিপুরীদা ইজবনি। লৌবিব-লৌবিদবদি সুধীশিঙ্গী কৃপানি। —লাগাম থাহুনা খোল্লবা অমা হক্তা ইববুদি মহাজনগী মতু' ইন্না কৈ খন্দুনা ইজবনি।

অমাংডা অলঙ্কারগী বিচারস্তু পবিশিষ্টদা হাপবিয়ু। অতুগা সংস্কৃত শব্দ, allusions, annotations নচি বস্তু পরিশিষ্টদা যাওবি। নাট্য শাস্ত্রগী সন্ধিনচি বগী মরোল পবিশিষ্টদা হাপবিয়ু।

মসিদা মখোব অলঙ্কারশিং—অর্থান্তরন্যাস, উপমা, কাব্যলিঙ্গ, স্বভাবোক্তি, ব্যতিরেক, বিষম, উৎপ্রেক্ষা, বিশেষোক্তি, ব্যাজোক্তি, অপ্রস্তুতপ্রশংসা, তুল্যযোগিতা, বিভাবনা, অপহ্নুতি ভ্রান্তিমান, অনুমান, পর্যায়, দৃষ্টান্ত অমসুং Apostrophe.

ভাষা—তৎসম, তদ্ভব, দেশজ অমসুং বিদেশীজনা তিগী মণিপুরীদা ইজবনি। ইতি।

বিনীত—

**শ্রীলৌরেম্বম ইবোয়াইমা সিংহ।**

# BIBLIOGRAPHY


১। 'স্বপ্নবাসবদত্তম্' — A. Sastri.

২। রঘুবংশম ১ম সর্গ — ,,

৩। গীতা ২য় অধ্যায় — ,,

৪। মহাভারত — কালীপ্রসন্ন সিংহ

৫। বাল্মীকি রামায়ণ — বসুমতী সংস্করণ

৬। বিষ্ণুপুরাণ — গোরক্ষপুর ,,

৭। শব্দ কল্পদ্রুম — — —

৮। অমরকোষ — চৌখাম্বা

৯। অভিজ্ঞান শকুন্তলম্ — শ্রীব্রজবিহারী শর্ম্মা

১০। মাসিক বসুমতী ১ম খণ্ড—
৪র্থ সংখ্যা ১৩৪৪ সাল,—
শ্রাবণ 'নাট্যমাতৃকা' —
প্রবন্ধ — — A. Sastri.

১১। Appendix, Inter English made Easy
by K. Banarjee 1949 Edition.

১২। আধুনিক বাংলা ছন্দ — নীলরতন সেন

১৩। অলঙ্কার জিজ্ঞাসা — শুদ্ধসত্ত্ব বসু

১৪। অলঙ্কার চন্দ্রিকা — শ্যামাপদ চক্রবর্ত্তী

১৫। ছন্দোমঞ্জরী — গঙ্গাদাস
( Edited by Dr. D. K. Kanjilal ).

## নাট্যদা যাওরব পাত্রশিং

### নিপা

সূত্রধাব — সূত্র ধাব = ( Stage manager )

বাজা — বৎসরাজ উদযন

যৌগন্ধবায়ণ — বৎসবাজ মন্ত্রী

বিদূষক — বসন্তক ( বৎসবাজগী চাহিব মরুপ )

ব্রহ্মচাবী — লাবাণক্তা লৈব চাত্র

কঞ্চুকী — বাজকুলগী লৈমাকান শেন্নব মগুণ লৈব ব্রাহ্মণ অহল ( A Chamberlain )

সম্ভষক ভট — পদ্মাবতীগী মনাইশিং

### নূপী

বাসবদত্তা — আবন্তিকাবেম শেংপী উদয়নগী অহান্ব মহাবাণী।

পদ্মাবতী — মগধবাজ দর্শকামচন্ — উদযনগী অনিশুব মহাবাণী।

তাপসী — — — —

চেটী — পদ্মাবতীগী মনাইনূপী ( female attendents )

মধুকবিকা, পদ্মিনিকা— পদ্মাবতীগী মতাশিং অমদি মনাইশিং!

ধাত্রী ( অহাম্বা ) — পদ্মাবতীগী মপী (Foster-mother)

ধাত্রী ( অনিশুবা ) —বাসবদত্তাগী মপী।

বিজয়া—প্রতীহাবী ( বৎসবাজগৃহগী থোংশংবী )।

# সূচী



ইবোয়াইমাসিংহ

চন্দ্রাকাশ গ্রহ শশী খৃষ্টাব্দগী বসু।
থা বস তাং কুজবার বসুধা' তষা'ক্তা ॥

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়।

মহাকবি—শ্রীভাসগী

# স্বপ্নবাসবদত্তম্



## স্থাপনা ( Prologue )

নান্দী শ্লোক পীবব তুংদা সূত্রধার চঙ্‌বা

**সূত্রধার :—**

থোবক্‌প অনৌবা থাগী মচু মাম্বা,
[1]পদ্মানা তিল্লব [2]মধুনা কল্‌হম্বা,
পুক্লিংবু শুঙ্কাংপ বসন্ত ওইবদা,
পাম্বোম্মা ঙাক্লগু [3]বলগী খ্বাইমক্‌পু॥ ১

মাননীয় সভ্যশিংদা খঙ্‌হঞ্জনিঙিঙ—আঃ করিনো! চিঙৈনা লাউ-থোংব মংথোল্ অমা তারিবসিবো! খ্বাই খঙ্‌ননবা লাউ-থোক্‌চগে তৌরিঙৈদা ফরে, য়েঁঙঙুগে—

( নেপথ্যদা ) হন্দোক্‌পিয়ু, হন্দোক্‌পিয়ু, ইবুঙোথোয়, হন্দোক্‌পিয়ু!

---

১। লম্মানা—ফক্সবনা। ২। য়ু। ৩। বল—বলরাম।

সূত্রধার—ও, খঙেও, খঙেও!

মচানূপী মতুংইম্ব মগধরাজ মনাইশিংনা।
তপোবনগী মীময়াম্বু তাম্থোক্পিরি য়াম্মা থীনা॥ ২

থোক্খিবা।

স্থাপনা লোইরে।

---

অহাম্ব অঙ্ক।

রাজগৃহগী মনাক্তা লৈব আশ্রম মমুঙ্গী লম্বীদা চঙ্লগা

ভট অনি—হন্দোক্পিয়ু, হন্দোক্পিয়ু, ইবুংঙোথোয়! হন্দোক্পিয়ু।

( সন্ন্যাসী বেষ শেৎপ যৌগন্ধরায়ণ অমসুং আবন্তিকা বেষ শেৎপী বাসবদত্তা চঙ্লক্পা )।

যৌগন্ধরায়ণ—( তারগা ) অসিদসু মী তাম্থোক্লিবসিবো করিগীনো?

মবুক তপ্প উকুশেৎপ ইরাৎপূজা তৌফম্ থোক্প,
পেঙ্গব—উহৈ-রাহৈদা লৈবশিংবু তপোবন্দা,
করিগী কিহন্ খংহন্বা? (ক)
মঙক্ হাইগৎপ থোগাক্ নাইদব,
অপাইব লম্না শুম্নৎপীরব,
কনানো মানা ওইহন্বিস্রিব,
আশ্রম্ অসিবু য়াম্না চীক্লব,
খুঙক্ রাথোক্প ঈশৌ লাংলব? (খ০)

বাসবদত্তা—আর্য্য ! খ্ৱাইবু তাল্লিবসে কনানো ?

যৌগন্ধরায়ণ—মবেম্মা ! মশামক্পু ধর্ম্মদগী তাম্বোকচবব মীনিদনা ।

বাসবদত্তা—আর্য্য ! ঐনা হায়জবদি মতু নত্তে, ঐবুসু তাম্বোক্‌-
পিগদৌবিববা ?

যৌগন্ধবায়ণ— মবেম্মা ! অসিগুম্ব মফম্মরাং খঙ্দব মফমদা
লাইমক্পুসু উশিং থৌওইবিদে ।

বাসবদত্তা—আর্য্য ! থৌওই-উসিত্তব'সিনা থরাই মুঙাইহন্দবা
অতুক্ লমশাং চংপনা ৱাহন্দে ।

যৌগন্ধবায়ণ—মসে ইবেম্মনা ভোগ তৌখ্রব—থাদোক্খ্রব বিষয়
ঙাক্তনি, মতুগীদমক চিন্তা তৌবিরমু । কবিনা—

নীঙ্ব-থু না হান্না নংনা চংখ্রব শাক্তং চীঙ্লেম্না ।
চংকদৌবি অমুক্ হন্না জয় ওইবদা নবুঙোনা ॥
চংলি মতম্ খোঙলৈ ইম্না অৱা-মুঙাইবা পবেংনা ।
উক-উক লৈবগুন্না কাম্বোঙ্গী মশা পবেংনা ॥ ৪

ভট অনি—থৈদোক্পিয়ু আর্য্যা ! থৈদোক্পিয়ু ।

( কঞ্চুকী চঙ্লবপা ) ।

কঞ্চুকী—সম্ভযক ! তৌমু, তৌমু, অতুম তাম্বোক্পা হৌনদে ।

য়েঙউ :—

লৈহন্গমু নিংথৌগী মিংচৎ ফত্তব,
আশ্রম্বাসিশিংবু তৌগমু শাথিনা,
কোক্লবৈ নগর শাক্তং উশিত্তব,
লৈররি আশ্রমদা পুক্চেল্ চাওবশিংনা ॥ ৫

ভট অনি—আর্য্য! ফরে, মত্থম্ তৌরসি। ( পোকখিবা )

যৌগন্ধরায়ণ—স্নুঙাইরেদা! নিপা অসিগী রাখল অসি চুম্না উই। নূপীমচা! মাগী মনাক্তা চংলসি।

বাসবদত্তা—আর্য্য! মত্থম্ তৌরসি।

যৌগন্ধরায়ণ— ( চঙ্শিল্লগা ) মহাশয়! মীয়াম তাম্থোক্লিবা করিগীনো ?

কঞ্চুকী—তাপসি!

যৌগন্ধরায়ণ—( মথন্তদা ) 'তাপসি' হায়না কোবসিদি অবেম্ব মিকৌনি। অত্থধু হৈনরক্তবনিনা ঐঙোন্দদি স্নুঙাইতরে।

কঞ্চুকী—তাবিয়ু ইবুঙো! গুরুজনশিংনা "দর্শক" হায়না কোনবা, ঐখোয়গী মহারাজগী মচন্ ইবেম্মা পদ্মাবতীনি। আশ্রমদা লৈবী মহারাজ মাতা মহাদেবীগী স্নানাক্তা চংলুবিবনি। হৌজিক মমাসিজগী য়াথং লোত্থনা রাজগৃহ তান্না লেঙবিরি। অত্থবু ঙসিদি আশ্রম অসিদা লৈগে খম্বিরি। অত্থনা মহাশয়খোয়না ঃ—

যজ্ঞকাষ্ঠ তীর্থজল হৈ-লৈ-স্নু কুশ-নচিংব!
যজ্ঞগী মচাকৃমখৈ লৌবিরো অপাম্বমখৈ॥
ধর্ম্ম পাম্বী রাজকন্যা য়েত্তবদি ধরমদা।
কুলব্রতনি মখোয়গী তপস্বী ময়ামগী॥ ৬

যৌগন্ধরায়ণ—( মথন্তদা )

খণ্ডেণ্ডদনা ! মসি ওইরে, পদ্মাবতী কৌবি
মগধ রাজকুমারী—মহারাণী ওইনি
হায়নবা ঐখোয়গী মহারাজমক্কী,
পুষ্পক ভদ্র-নচিংব অহৈশিং-পাঞ্জিনা।
অহুনদি :— য়াম্না মুংশি মপূ নূপী মাবু ওইহন্নিংবদগী ॥ ৭

বাসবদত্তা—( মথস্তদা ) 'রাজকুমারীনি' হায়ব তাবদা ইনাওগুম্না মাবু মুংশিরে।

( লোম্নবীশিং য়াওনা পদ্মাবতীগা চেটীগা চংলকপা )

চেটী—মজাইবেম্মা ! লেঙ্‌শিন্বিসি, লেঙশিন্বিসি। মসি আশ্রম্নি ; লেঙ্‌শিন্বিসি।

( ফম্লব্বী তাপসী অমা চঙ্‌লক্‌পা )

তাপসী—মজাইবেম্মা ! তরাম্ তবাম্ ওক্‌চবি, লেঙ্‌শিনবিরক্নি।

বাসবদত্তা— ( মথস্তদ ) রাজকুমারী অহুনি মসি। মপা-মপু অচৌবনিনা মশক্নু ফজে।

পদ্মাবতী—আর্য্য ! খুরুমজরি।

তাপসী—পুন্সিয়ু। চঙঙক্‌উ নুপীমচা, চঙঙক্‌উ লাউ ! তপোবন হায়বসিদি অতিথিগী ময়ুম্মক্নি।

পদ্মাবতী—ফনি ফনি, আর্য্য ! তরাম্ তবাম্না তৌবিহুনা য়াম্না চান্বিরে।

বাসবদত্তা—( মথস্তদা ) মশক্ক নত্তেনা, ব্বাহৈ-খোন্দাস্থু মধুৱনিনা।

তাপসী—ভদ্রে ! মহারাজগী মচন্ ইবেম্মবু হৌজিক ফাওবা কনাগুম্ব রাজাদা থাজব্রিবরা ?

চেটী—উজ্জয়িনীগী বাজা প্রদ্যোতগী মমৌ ইবেম্মা ওইনবগী হাযন-খোৎনবি।

বাসবদত্তা—( মথন্তদা ) বাঃ বাঃ। মহাক্ অহু ওইরবদি হৌজিক্তি ঐখোযগী মবি-মতা ওইবেদনা।

তাপসী—মতিক্ চায়, মশক্-মতৌ অসিনা অসিগুম্ব সন্মান ফংবা। বাজবংশ অনিমক্ অচৌবনি হাযনা তায।

পদ্মাবতী—আয্য। দান খবদং লৌবিহুনা ঐবু চানবিগদবা কনা-গুম্ব মুনিজন লৈগদবা? 'কনানা কবি কবি পাম্মী' হাযবহু লাউথোক্পিহুনা কৌবিবো, অপাম-অপাম্বহু ঐ কচ্চগে?

কঞ্চুকী—মজাইবেম্মগী ইচ্ছানি। কনা কনানো! আশ্রমদা লৈবি-বিব তপস্বিশিং! তাবিযু, ইবুঙোখোয় তাবিযু! মাননীয়া মগধ বাজকুমাবীনা, খ্বায়না চাম্বিগনি খন্দুনা ধম্ম গীদমক দান তৌজগে হাযনা কৌজরি :—

চফ্ কনানা পাম্বগে ফী-বোন্ কনানা পাম্বগে।
দীক্ষা ফবনা গুরুদা কংনবা কবি পাম্বগে।
মা-মানা পাম্ব হায়বিরো কনাদা কবি পীদগে
ধর্ম্ম-পাম্বি বাজকুমাবী ঙসি ভীক্ষা পীনবিবি॥ ৮

যৌগন্ধবায়ণ—বাঃ! উপায় অমদি লৈবেদনা। ( ক্কোংনা ) ঐ * প্রার্থী অমনি।

পদ্মাবতী—ইবাইবক ফরে, আশ্রমদা লাক্চবা মহৈ য়াল্লে।

---

* অনীবমী

তাপসী—আশ্রমগী তপস্বী পুম্নমক মথল্লাই পেন্না লৈবিবনি। মসিদি কনাগুম্ম অতিথি অমা ওইবম্ম তাই।

কঞ্চুকী—মহাশয়! কবি ভৌজো হাযবগে?

যৌগন্ধবাযণ—মসি ঐগা ইচন্নি। মপুবোইব হৌজিক মাবৈবাক্তা লৈখি ঐগী ইচ্ছাদি—মজাইবেম্মনা মতম খবদং মাবু যে বি-খোৎপিয়ু। মবমদি ঃ—

শেম্মম পানদে ভোগ্ পামজদে পামজদে ফী
শেংপা নত্তে ফীঙাং থল্লাই হিংনমক্কী *
পুক্‌চেল্ তপ্পী জ্ঞান্ ধর্ম্ম চেন্‌বী মহাক্না
ঙাক্‌পা ঙম্নী লমচং ইচন্‌গী তশেংনা॥ ৯

বাসবদত্তা—( মথন্দা ) অত্তুনদি। আর্য্য যৌগন্ধবাযণনা ঐবু অসিদা থম্মমগে খল্লবোইবে থোক্‌পা ভৌবসন্নু বিচাব ভৌদনা ভৌবা ওইবম্মোই।

কঞ্চুকী—মজাইবেম্মা! মহাক্কী সিদি অকব প্রাথনানি। শোযদনা তৌগে কবন্না হাযগনি। মবমদি ঃ—

লম্ম্ম থল্লাই তপস্যাদি পীথোক্‌পদা অবায়্‌বনি।
অবায্‌বনি অতৈপুম্ব শেন্নব লুই থনম্ব পোং॥ ১০

পদ্মাবতী—আর্য্য। অহান্‌বদদি 'কনা কনা কবি কবি পাম্বগে' হায়না লাউথোক্‌খ্রগা, হৌজিক্ বিচাব তৌবা মতিক্ চাদে। মহাক্না হায়বিবসি তৌবা তাই।

* হিংনবমক্কী হায়বনি, ছন্দগী শম্‌জিন্‌বনি!

কঞ্চুকী—মজাইবেম্মনা মতিকচানা তাকপিবে।

চেটী—সত্যবাদিনী মজাইবেম্মা পুন্সিসনু।

তাপসী—য়াইফবী নহাক্স্ পুন্সিযু।

কঞ্চুকী—মতুমতৌবসি মবেম্মা! (চঙ্শিল্লগা) মহাশয়! মজাইবেম্মনা নচন্ ইবেম্মগা অভিভাবক ওইবনি তাকপিবে।

যৌগন্ধরায়ণ—মজাইবেম্মনা চাম্বিবে। নুপা মচা! মজাইবেম্মগী নাক্তা চঙউ।

বাসব—(মতোম্তদা) করি গতি লৈ? লাইবক্থিবীনিনা চংপা তাবে।

পদ্মাবতী—ফবে, ফবে, তৌজিক্তি মহাক ঐমক্তা মী ওইবেদনা।

তাপসী—মশক্-মতৌ উবদা ঐনা খল্দা মসিস্থ রাজকুমারী ওইবমাল্লে।

চেটী—আর্য্যানা অচুম্বমক্ তাক্পিবে। ঐস্থ মারু লৈনাকোন্দা মোনুখাংনবক্প ওইনা খল্লি।

যৌগন্ধরায়ণ— (মথম্ভবা) ফরেদা! থৌদাং তম্মাই অমদি লোইরেদনা। মন্ত্রীশিঙ্গা খন্নখিব অতুমক্ চপ্চানা থোক্লেদনা। ইনিংথৌগী রাজ্য ফংলবা মতুংদা ঐনা মনাও ইবেম্মবু কচ্ছিল্লুবা মতমদা মগধ রাজকুমারীনা মনাও-ইবেম্মগী সতীত্বগী সাক্ষী ওইরগনি। মরমদি :—

থোক্লক্লি তাক্পিথিবশিংন অরাব পুম্ব
নিংথৌগী মহিষী হায়খ্রে পদ্মাবতি ওইনি।
ঐনা'ছু থাজবদগী অসি তৌই, তৌদে,
লাম্হোক্তুনা বিধিন চংপিব সিদ্ধ বাক্য॥ ১১

ব্রহ্মচারী—( মথক্তা য়েংলগা ) তুমিং য়ুংলে। য়াম্নস্থ চোক্‌খরে। কদায়দা থক্কিত্রাম তৌসিবা? ( কোয়চং চংলগা ) অচ্ছা, খঙ্‌লে। মনাক্ অসিল্লাইদা তপোবন লৈমাল্লে। করিনা:—

অখঙ্‌ব লমদা লাক্‌পনা চিংনদনা শক্তিশিংনা
কোয়্চং চংলি মনিং মখা তৌনা।
মহৈ-মপাম্না থল্লব মশা মথেংমা লৈতেংব
পাম্বী হৌহল্লি লুনা ঙাক্কুনা॥ (ক)
ষণ অঙাংবী মপৈ য়াম্মী লঙ্কাং খোইদব কোয়না লৈ।
শোয়দ্রে মসি তপোবন্নি মৈথু খুবি অয়াম্বদা॥ ১২ (খ)

চঙঙ্‌খিগে। ( চঙ্‌লগা ) এঃ। নিপা অসিদি আশ্রমদা লৈব মী নত্তেনা। ( অমরোমদা য়েংলগা ) অতুগা অসিদা তপস্বীশিংস্ত লৈবি। অতুনদি চঙ্‌বদা দোষ লৈবোইদমাল্লে। এ, ! নুপী নহাস্থ লৈনা!

কঞ্চুকী—চঙ্‌বিবকউ মহাশয়। কবিস্থ হঙ্গোইবিনু। আশ্রমদি খ্বাই পুন্নমক্কীনি।

বাসবদত্তা—হুম।

পদ্মাবতী—ভদ্রমহিলাদি নিপা অতৈগা উনবা য়াদে। যেসা অমা ওইসনু। শিন্নবম্বপোং চেক্‌শিম্না শেম্নকম্ থোক্‌ই।

কঞ্চুকী—মহাশয়! ঐখোয়না হান্না লৈরম্লে। ঐখোয়গী অতিথি সংকার লৌবিযু।

ব্রহ্মচারী—( আচমন তৌরগা ) ধন্যবাদ! অব্রাবা কোক্লে।

যৌগন্ধরায়ণ—মহাশয়! কদোমদগী লেঙ্ বিরক্লিবা, কদায় য়ৌনা লেঙ্ বিগনি, মহাশয়গী লৈফম্না কদায়দনো?

ব্রহ্মচারী—মহাশয়! তাবিসি। বাজগৃহদগী লাক্লিবনি। বেদ তমগে হায়দুনা বৎসদেশগী লাবাণক কৌব গ্রামদা লৈরুই।

বাসবদত্তা—( মতোমতদা ) হা লাবাণক! লাবাণক পন্‌বতদা ঐগী অব্রাবা অমুক্ ইনৌ নৌবক্লে।

যৌগন্ধরায়ণ—বিদ্যা তম্বদি লোইরববা?

ব্রহ্মচারী—লোইদ্রি।

যৌগন্ধরায়ণ—বিদ্যা তম্বা লোইদ্রবদি করিগী অসিদা লাক্‌পিরিবা?

ব্রহ্মচারী—মহাবিপদ অমা অদুদা থোক্লে।

যৌগন্ধরায়ণ—করম্না?

ব্রহ্মচারী—অদুদা উদয়ন কৌব রাজা অমা লৈ।

যৌগন্ধরায়ণ—মহারাজ উদয়নগী মমিং তায়। মহাক্কী করি থোক্লবগে?

ব্রহ্মচারী— অবন্তি-রাজকুমারী বাসবদত্তা মহাক্কী প্রিয়তমা মহারাণীনি।

যৌগন্ধরায়ণ—ওইরম্‌গনি। অদুদগী কমদোবা?

ব্রহ্মচারী—মহারাজনা মৃগয়া লেঙ্ খিদ্রৌদা খুন্ মৈচাক্লকপদা মহাক্ চাকুনা শিখরে।

বাসবদত্তা—( মথন্তদা ) মিথ্যানি! মিথ্যা ঙাক্তমি।

মরাইবকথীবী হৌজিক ক্নাওব হিংলি।

যৌগন্ধরায়ণ—মথংদা করি ?

ব্রহ্মচারী—মহাক্পু কম্লিংব রাজ মন্ত্রী যৌগন্ধরায়ণসু মৈঙ্গুং অংহুদা চোংশিল্লম্মী।

যৌগন্ধরায়ণ—থাঙ্গৈপেংলমক্ চোংশিল্লম্বরা ? অ-অহুদগী ?

ব্রহ্মচারী—অহুদগী রাজানা হল্লক্লগা ৱারম অসি তাব্দা মহাক্ কায়নবদা মথরাই চাক্পদগী মৈনুংদা প্রাণ থাগে হোংনরম্মী। মন্ত্রীশিংনা য়াম্না রানা মহাক্পু থাম্লম্মী।

বাসবদত্তা—( মথন্তদা )— খঙিঙ, খঙিঙ, আর্যপুত্রনা ঐবু লুনা তৌবিবহু।

যৌগন্ধরায়ণ—মথংদা কমদৌবা ?

ব্রহ্মচারী—মতুংদা রাজানা মহাক্না শিরম্ব অচাক্প অলঙ্কারশিংহু কোম্ল-কোম্না ৱাস্থবম্মী।

খ্ৱাইনা—ওঃ—ওয়োক্পনিদা!

বাসবদত্তা—( মথন্তদা ) আর্য যৌগন্ধরায়ণগী মীওৱা থুংলসনু হৌজিক্তি।

চেটী—মজাইবেম্মা! ভদ্রমহিলা অসি কপ্লিনা।

পদ্মাবতী—মবুক্চেল্ নৌবনা ওইরিনি।

যৌগন্ধরায়ণ—হোই, হোই, ঐগী ইচন অসি মহৌশানা মিন্না মিনুংশি থাঙৱা ঙমদে; মপি নৌথ্রবনি। মতুংদা কমদৌবা ?

ব্রহ্মচাবী—মতুংদা তপ্পা তপ্পা জ্ঞান তাবক্লে।

পদ্মাবতী—লাইগী কৃপাদগী মহাক হিংলে। রাম্বথরে তাবদা ঐগী থরাই শুন্দা লৈবম্লবনি।

যৌগন্ধরায়ণ—অচুম্বমি! অত্তুদগীদি ?

ব্রহ্মচাবী—করি হায়গনি ? বাজানা লৈমাইদা থবো থরো ওম্বদগী উফুন্‌-রাইফুল ইতৈ-তৈনা ফুক্‌ হৌগংলগা--হা বাসবদত্তা! —হা অবন্তি বাজকুমারি! হা প্রিয়ে! হা প্রিয়শিষ্যে! —অসিনচিংবা কয়া কয়া হায়রুনা তেংথারম্মী—করি অমুক হায়গমি ঃ—

রাদে হৌজিক্ চক্রবাক্লা মহাক্লম। (ক)
রূপ্ গুণ্ লৈবী কায়্নবা মী অতৈনা।
নূপীদি মুংশিবিব য়াইফবনী মরানা। (খ)
চাক্তেন চাক্লবসু মুংশিবদি মরানা॥ ১৩

যৌগন্ধরায়ণ—কনাগুম্ব মন্ত্রীনা মহাক্পু হান্নগী ফিভমদো তাহন্নবা হোৎনবিদ্রববা ?

ব্রহ্মচারী—রুমথান কোব মন্ত্রী অমা লৈ, মহাক্লা হান্নগী মতৌ-গুম্না লৈহন্নবগী য়াম্না কম্না লাক্লে।

মরমদি মহাক্লা ঃ—

চাদে থক্তে রাজাগুম্না কপ্পা তক্তে মায়্থোং লাংলে
শেংদোক্তে য়েংদে হকচাং রাম্মিইম্নে কপমিম্নৈ নিংথৌগা।
সেবা তৌজে নিংথৌগী য়াম্না চেক্শিন্না মুংথিন্‌ংদা
মামক্ প্রাণ থাবা য়ায় নিংথৌনা হৌজিম্নক্ প্রাণ থান্নবদা। ১৪

বাসবদত্তা— ( মথস্তদা ) ঈশ্বরগী কৃপাদগী ঐগী ইবুঙো, মপূ লুনা নীঙব মনাইগী মথুত্তা তারে।

যৌগন্ধরায়ণ—( মথস্তদা ) ও:! কুমথান্দি মহাভার অমা কোক্‌-থোং নারেদনা। করিনা :—

পোশাব য়ায় ঐগী দায়দি অব্রাবা ঙাক্লি মাগীদি
নিংথৌ থম্বনা মখাদা ঙম্রমক্‌ মাগী মখাদা॥ ১৫

( ইকোং কোংনা ) হৌজিক্তি মহাবাজদো হায়গী অবস্থাদা লৈরবরা ?

ব্রহ্মচারী – হৌজিক্‌ ঐ মতুদি খঙদে।— 'অসিদনিনে মহাক্লা নোক্‌মিন্নরম্বা,' "সিবাইদনিনে মহাক্লা ব্রা ঙাঙনবম্বা,' 'সিব্রাইদনিনে মহাক্লা লৈমিন্নবম্বা, 'মকম অসিদনিনে মঙোন্দা শাউরম্বা,' 'অসিদনিনে মহাক্লা তূম্মিন্নবম্বা' অসি হায়তুনা তেংথা-নাওইব বাজাবু মন্ত্রীশিংনা ব্রাম্রা ব্রানা অমস্ু, যতন তৌনা গ্রাম অতুদগী পুথোকখি। নিংথৌ লেঙখিবদা থরাম্মিচাক থাজ-থোক্তব অতিয়াগুম্‌ মক্‌শিন্নব থুন্‌ অতু থাদোক্তুনা ঐশু লাক্লিবসিনি।

তাপসী—থু লরিব মী অসিনা অস্নন্না থাগৎপ'সিনদি রাজা অতু শোয়দনা মগুণ চেন্‌ব তাই।

চেটী—ইজাইবেম্মা! অতৈ নূপী অমা মহাক্লী মথুং চল্লমগব্রা ?

পদ্মাবতী—( মথস্তদা ) ঐগী পুক্লিংদা নীঙঙম্বমক্‌ হায়বেদো।

ব্রহ্মচারী—করে, মুঙাইরে। বিদায় পীনবিয়ু। চচ্চরগে।

মখোয় অনি—চৎপিরো, অনিংব থু্‌বিরুরো।

ব্রহ্মচাবী—ফ্রে ফরে। ( থোক্‌খিবা )

যৌগন্ধবায়ণ—ওম্ভোক্লা ফ্‌বেদা। মজাইবেম্মগী য়াথং লৈরবদি ঐহাকস্থু চচ্চরগে।

কঞ্চুকী—মজাইবেম্মগী য়াথং ঙাইজরি, ননাইস্থু চচ্চনিংলে।

পদ্মাবতী—আর্যগী নচন্ ইবেম্মদি আর্য্য লৈত্রবদি খোয়রাংলগনি, হৈনররোই।

যৌগন্ধরায়ণ—অফব মীশিঙ্গা লৈমিন্নবদবু কবিগী খোয়বাঙ্গনি। ( কঞ্চুকীবু য়েংলগা ) ঐ চংলগে অত্থদি।

কঞ্চুকী—ফরে অত্থদি, অমুক উনবা হায়'ত্থনি।

যৌগন্ধবায়ণ—অচ্ছা। ( থোক্‌খিবা )

কঞ্চুকী—হৌজিক মস্তংদা চঙবা মতম ওইবে।

পদ্মাবতী—আর্যো! খুরুমজবি।

তাপসী—নূপীমচা! যোগ্যচাব নপুবোইব ফংজো।

বাসবদত্তা- আর্য্যে! ঐনস্থ খুরুমজবি।

তাপসী—নহাক্সু থুনমক্ নপুরোইবগা উনজো!

বাসবদত্তা—কৃপা পীনবিরে।

কঞ্চুকী—অত্থ ওইরবদি লেঙ্‌শিন্‌বিরো, অসোমদা, ইবেম্মা অসোম্‌দা। হৌজিক্তি—

মকোন্ চঙ্‌খরে উচেক্‌শিং ইরুমায়থরে মুনিশিং।
হোম্‌গী মৈনা ইঙাল ঙাল্লে মৈথুনা আশ্রম্ শীস্থুংলে॥

অতিয়াদৈ শুমিং তাবে মশেক্ মঙাল্ খোনজিন্খরে।
দোলাই মমায় লৈথোক্খবে অস্তাচলদা তপ্পা চঙ্খে॥ ১৬

( ডন্নমক্ থোক্খিবা )।

অহানব অঙ্ক লোইরবা।

---

## অনিশুব অঙ্ক

### প্রবেশকঃ ( Interlude )

রাজগৃহ কোনুং মনুঙ্গী লৈকোল।

( চেটী চঙলকপা )

চেটী— কুঞ্জবিকা! কুঞ্জবিকা! মজাইবেম্মা পদ্মাবতী কদোম্দা লৈবগে?—কবি হায়বা? মজাইবেম্মদি মাধবী লতা মণ্ডপ ময়াদা *কন্দুক শান্নরিবদাই? ফবে অতুদি, মজাইবেম্মগী মনাক্তা চংলুগে। ( চংলগা অমসুং উবগা ) বাঃ! মজাইবেম্মদি কন্দুক শান্ন-শান্ননা অসোম্দহুম লাক্রে। নাকোংলৈ মথক্তা হাইগৎলে, চেন্-চোংবনা মমায়দা হুমাং মবিক্ মরিক্ শোবে, শান্নবদা খর চোক্থবসিদা মায়থোং অসি কয়া ফজনা পুক্লিং হুনা উবিবা! মনাক্তহুম্ চংলগে।

( থোক্খিবা )

প্রবেশকঃ লোইরবা।

---

* বল মচা, ফিবুল।

( বাসবদত্তা অমসুং মনাইশিঙ্গা লোইননা কন্দুক শান্ন-শান্নবা
পদ্মাবতী চঙ্লকপ। )

বাসবদত্তা—সখি ! মসি নহাক্কী কন্দুক্নি।

পদ্মাবতী—আর্য্যে ! হৌজিক শান্নব অস্তুম্মক্ তোক্লসি।

বাসবদত্তা—ইতা ! য়াম্না কুইনা কন্দুক শান্নবনা ইবেম্মগী খোইন হেন্ন-ঙাঙ্ব-খুবাক অনিদো মী অতৈগী ওইরবোই খল্লুরে।

চেটী—মজাইবেম্মা ! শান্নবিয়ু, শান্নবিয়ু। নিংথিরব লৈশাবি—মতম্ মুঙাইনা লেম্থোক্পিয়ু।

পদ্মাবতী—আর্য্যে ! ঐবু নোক্নবিগে হায়না য়েংবিরিবোইরে ?

বাসবদত্তা—নত্তে, নত্তে, ইতা ! ঙসিদি য়াম্না হেন্না ফজরে। মাইকৈ অকোয়বদা নঙ্গী বরগী মায়থোংত উবগুম্ তোরি।

পদ্মাবতী—হন্দোক্উ ! নকুপিরক্মুদা ! হৌজিক ঐঙোন্দা ফাগি-ফারাং তৌবিমুদা !

বাসবদত্তা—ইস্ ! মহাসেনগী মমৌ ইবেম্মা ! ঙাংজররোই, তুমিন্না লৈজরে।

পদ্মাবতী—'মহাসেন' হায়রিবহুধু কনানো ?

বাসবদত্তা—উজ্জয়িনীদা প্রদ্যোত কৌব রাজা অমা লৈ। অচৌব লাম্মী লৈবদগী মহাক্পু 'মহাসেন' হায়নস্থ কৌনৈ।

চেটী—মজাইবেম্মদি নিংথৌ অহুগা সম্বন্ধ লৈনবা পাম্জদে।

বাসবদত্তা—অহুদি হৌজিক কনাগা সম্বন্ধ লৈনগে খল্লি ?

চেটী—উদয়ণ কৌব বৎস রাজা অমা নৈ। মহাক্কী মতিক-
মগুণ তাবদগী, মঙোন্দা মজাইবেম্মগী পুক্লিং খোয়দারে।

বাসবদত্তা—( মতোম্‌ত্‌দা ) আর্য্যপুত্রবু মপুরোইব ওইগে খল্লি-
বোইরে। ( ফোংনা ) করি মরম্‌গী ?

চেটী—মিন্নুংশি খঙিঙ মঙাক্তি। অদুননি।

বাসবদত্তা—( মতোম্‌ত্‌দা ) খঙেঙ, খঙেঙ ! ঐমক্‌পুম্নু মতৌ অম্নুম্না
ঙাওহল্লম্মিবনিদো।

চেটী—মজাইবেম্মা ! রাজা অদু মশক্ থীরম্লবদি ?

বাসবদত্তা—থীদে, থীদে। ফজে।

পদ্মাবতী—আর্যে ! করম্না খঙ্‌বিরুরিবা ?

বাসবদত্তা—( মথম্মদ )— আর্য্যপুত্রগী ওইনা রাখল তৌরুবদগী
কা-হেন্না হায়দোক্‌খরেদনা। করম্ তৌনি হৌজিক্ !
থোক্‌খ্রবনিনা অদুনঙাইরে। ( ফোংনা ) সখি। উজ্জয়িনীগী
প্রজাশিংনা অম্নুম্ ঙাঙনৈ।

পদ্মাবতী—চুম্মম্‌গনি। উজ্জয়িনী-প্রজাশিংনদি মহাকপুদি য়াম্না
তোয়না উরিগনি। পুম্নমক্কী পুক্লিং হুবধু শক্‌ফজব কৌনৈ।

( ধাত্রী চঙ্‌লক্‌পা )

ধাত্রী—জয় মজাইবেম্মগী জয় ! মজাইবেম্মা ! রা লোইনখরে,
থাজখরে।

বাসবদত্তা—আর্যে ! কনাদনো ?

ধাত্রী—বৎসরাজ উদয়ন্দা।

বাসবদত্তা—রাজা অহুদি মঙ্গল ওইবিবরা ?

ধাত্রী—মঙ্গল ওইরি, অশোই-অঙাম্ য়াওদনা অসিদা থুঙবে। অহুগা রাজকুমারীবু মনাই ওইহন্‌গে হায়না ম্না য়াথং থাবিখরে।

বাসবদত্তা—মহাবিপদনিদনা !

ধাত্রী—কবিগী মহাবিপদ ওইবিবা ?

বাসবদত্তা—করিস্নু নত্তেদা। ঐনা হায়বদি— অহুক্ মথল্লাই চাক্‌থ্রবা—মতুংদা মঙোন্দা খোয়দাবিবোই।

ধাত্রী—অর্য্যে ! মহাপুরুষশিঙ্গী থমোইদা শাস্ত্রজ্ঞান্ মপুংফানা লৈ। অহুনা মখোয়দি ইরাই লায়না মহৌশাগী অবস্থাদা হুপ্পিল্লি।

বাসবদত্তা—আর্য্যে ! রাজা মশামক্না মহাক্‌পু পামহুনা দান লৌরম্বরা ?

ধাত্রী—নত্তে, নত্তে। মহাক্তি অতৈ করিগুম্ব থবক অমগী অসিদা লাক্‌পনি। মহাক্কী অচৌব শাগে, জ্ঞান, মথোক্কাব বয়স্ অমসুং মশক মতৌ উবদা মহারাজ মশামক্না বাগ্ দান ত্তৌরম্বনি।

বাসবদত্তা—( মথন্তদা ) অহু ওইরবদি মতাং অসিদা আর্য্যপুত্রগী দোষ করিস্নু লৈত্তেদনা।

( অতৈ চঙ্‌লক্‌পা )

চেটী—আর্য্যে, থুনা লাক্পিরো। ঙসিমক্ শুভদিন্নি। ঙসিমক্ বিবাহ-মঙ্গল তৌগদবনি হায়না মহারাণীনা স্নায়াথং তাক্পিরে।

বাসবদত্তা—( মথন্দা ) থুনা তৌরিবা অহুকী মতিক ঐগী থমোই মম্শিল্লক্পনা হেন্নি।

ধাত্রী—লেঙ্বিরসি, লেঙ্বিরসি, মজাইবেম্মা।

( পুম্নমক থোক্খিবা )

অনিশুব অঙ্ক লোইরবা।

---

## অহুম্শুব অঙ্ক

কোনুং মথক্কী লৈকোন।

( চিন্তা তৌনা বাসবদত্তা চঙ্লক্পা )

বাসবদত্তা—লুহোংবগী হরাওবনা থল্লব লৈমাকোন্গী মাঙপ্পা পদ্মাবতীবু থাদোক্লম্লগা ঐ [১]প্রমোদবন অসিদা লাক্লে। হৌজিক ঐগী ইরাইবক্তা তমখ্রব অব্রাবা পোত্থোক্লগে। ( কোম্মচং চংলগা ) ওস্তোক্লা থীখরেদা লাইবক্নে। আর্য্যপুত্রনু হৌজিক্তি অতৈগী ওইখিদৌরবা! ফমখিগেদা ঙম্লাকদু ( কপ্লগা ) [২]চক্রবাক বধূ মরাইবক্ কৈদা,

---

১। Pleasure garden.    ২। চাহ্ থম্বোং অমোম্।

মতৈ-মনাও হেক্ বাযনবদা প্রাণ থায়দো। লাইবক থীবী ঐহাক্তি প্রাণ থাবা ঙমদনা—আর্য্যপুত্র অমুক্ উনখিগে হাযবগী আশাদগী হৌজিক কাওবা হিংহুনা লৈবি।

( লৈ-পুহুনা চেটী চঙ্লবপা )

চেটী—আর্য্যা আবন্তিবা বদাযদা লেঙ্খ্রবনো ? (কোইয়েং য়েংলগা) এঃ! মরিক্ মকোন্ শিদনা অচম্ব ফীজেৎ শেত্তুনা চিন্তাদা থমোই লূপ্তুনা লৈচিন্না কূপ্‌শিন্ন থাজগুম্ প্রিয়ঙ্গু উবী মখাগী নূংপাক্ মথক্তা ফমত্তুনা লৈরেদনা। মনাক্তা চংলুগে। ( চঙ শিল্লগা ) আর্য্যে! আবন্তিকা! কয়া কুইববনো, ইবেম্মধু থিবিবসি!

বাসবদত্তা—করিগীনো ?

চেটী—ঐখোয়গী মহাবাণীনা স্নায়াথং তাক্‌পি—"আর্য্যা অচৌব শাগৈদা পোকৃপী, সুংশিবী অমসুং হৈ-শিংবীনি। অত্তুনা বিবাহজয়মালা মাবু লেংহল্লু।"

বাসবদত্তা—কনাগীদমক্ লেঙ্গনি ?

চেটী—ঐখোয়গী মজাইবেম্মগীদমক।

বাসবদত্তা—( মথস্তদা ) মসিসু ঐনা তৌবা তাবেদকো! ইরাইবক্তা তম্মল্লেদনা। ওস্তোকপনি! চাম্বিদেদা হে বিধি!

চেটী—আর্য্যে! হৌজিক অতৈ চিন্তা তৌবিরনু। মণিগী ফান্দা বর চাইথরি। থুনা লৈপরেং লেংবিয়ু।

বাস—( মথন্তদা ) অতৈগী ব্রাখল খৰা ভম্দে। ( ফোংনা )সখি! নংদি বর উরক্লবরা ?

চেটী—রাজকুমারীবু মুংশিবনে, ইশামক্লা য়েংনিংবনে—ঐনা মহাকৃপু উরক্লে।

বাস—বর করম্ তৌই ?

চেটী—আর্য্যে! অচুম্ব হায়বিবসিনি, মমাঙৈদা অসিগুম্ব থক্ উজখিত্রি।

বাস—সখি! হায়যু, হায়যু, য়েংবদা নিংথিজৈদনা ?

চেটী—অমনা হেক্তা মহায়গনি—লীকং তেন্ পায়দব কামদেবনি!

বাস—মহু হায়বযু। তোক্লসি।

চেটী—করিগীনো থাম্বিরিবা ?

বাস—থংনদবা নিপাগী গুণ প্রশংসা তাবা হৌনদে।

চেটী—অহুনা থুনা পরেং লেংবিরো; মবেম্মা!

বাস—লেংলগে, পুরকৃও।

চেটী—লৌবিরোসে মবেম্মা।

বাস—( লৈ হৈদোক্লগা মুম্না য়েংহুনা ) মনা অসি করি কৌরিগবা ?

চেটী—'অবিধবাকরণ' ( লুখ্রা-থীংবী ) কৌই।

বাস—( মথন্তদা )ঐগী গা পদ্মাবতীগী-গা মসি য়াম্না হাপ্তুনা লেঙ্গে। ( ফোংনা ) মনা অসিমনা করি কৌই ?

চেটী—'সপত্নীমর্দন' ( লোম্নবী নৈবী ) কৌই।

বাস—মসিনা লেংলোই।

চেটী—করিগীদমক ?

বাস—মহাক্কী ভার্য্যাদি লাইগী খুয়া তান্খবে। অত্থনা মসিদি করিস্থ কান্নববোই।

( অতৈ চেটী অমা চঙলকপা )

চেটী—আর্য্যে! থুনা তৌবিবো, থুবিবো! * লুখ্রানত্তবীশি্না বরবু লৈমকোনগী লুহোংফম্দা পুশিন্খবে।

বাস—ফবে, ঐনা হায়বিবসে, লৌবোসে ।

চেটী—ফজখবেদা! আর্য্যে! ঐ চচ্চবে।

( অনিমক থোক্খিবা )

বাস—মাদি চংখবে। হাহা! লাইবকথীদা! আর্য্যপুত্রস্থ অতৈগী ওইখবে। রায়দা! শয্যাদা হিপ্তুনা অরাব-কোক্লবা তূম্বা য়াব্রা যেঙঙ্গে।

( থোক্খিবা )

৩শুব অঙ্ক লোইরবা।

---

* See notes.

## মরিশুবা অঙ্ক

### প্রবেশকঃ ( Interlude )

কোন্নুঙ্গী নাকন্ অমা ।

( বিদূষক চঙ্লকপা )

বিদূষক । ( হর'ওনা )! এ-হে লাইবক কৈদা ! শ্রীনুং বংসবাজগী অপাম্ন বিবাহ মঙ্গলগী মুঙাইবব মতম থেংনরেদনা । কনানা শঙলম্বগে—অরাবগী তমথিবব-ইবৈদা লৃপ্পবগা অমুক শাঙগংলক্কুনা হিঙ্গনি হায়বসে ? হৌজিক্তি মাকোন্নুং মফুংদা লৈবিদো, লৈমাকোন্গী পুখ্রিদা ইক-মাইথজবি, চানি-চানিব অথুম-অহাও খুসি তৌনা চাবিদো ; অপ্সবাগা লৈমিন্নদে হাযবত ঙাইবে, উত্তবকুকদা লৈবগুম্নে । মসিদা মহাদোষ অমা লৈবে । —চাখি-থক্খিবা পুন্নমক্ নিংথিজনা ভুমদবে । অফব ফীবোম্না নিংথিজনা থাব শয্যা মথক্তা হীপ্পদা নিদ্রাদেবী থেংনদবে । মাইকৈ অকোয়বদা লৃ-তাং চাক্কুনা নাবঙাক্তা উরে । অঃ ! মুঙাইব পুন্সি কৌদেদা, না-য়েক্কুনা অযুক্তা চাথ-থক্পা কবি অমতা য়াদনা লৈরিবসে !

( চেটী চংলক্পা )

চেটী--আযয বসন্তক কদায়দা লৈরিদনো ? ( কোয়চং চংলগা ) আযয বসন্তক অসিদা লৈরেদনা । ( চংশিল্লগা ) আর্য্য বসন্তক ! ধয়া কুইববনো ঐনা থিরিবসে ।

বিদূ—( য়েংলগা ) ভদ্রে ! কবিগীনো ঐবু থিরিবা ?

চেটী—ঐখোয়গী মহাবাণীনা স্নায়াথং তাক্পি—মমাক্ ইবুঙো চাইথরবরা ?

বিদূ—ইবেম্মা ! করিগী ওইবিগবা স্নায়াথং তাক্পিরিবসে ?

চেটী—অতৈ কবিসু নত্তে। লৈ, তৈনব-চন্দন-নচিংব পুরক্লবগীনি।

বিদূ—মমাক্ ইবুঙো চাইথব লোইরে। ইবেম্মা লূক্-হানব নত্তনা অতৈ পূম্নমক্ পুবক্লো।

চেটী—লূক্হাবা থিংলিবা কবিগীনো ?

বিদূ—লাইবক্ থীব ঐহাক্তা পুক্ অসি কোকিলগী মমিত্তোনা থক্-খা ওল্লে ; পুক্লুংদা শগোল শামু চেল্লে।

চেটী—অত্তম্ তৌত্তনতা লৈরো।

বিদূ—চংথবো না। ঐসু মহারাজগী মানাক্তা চংদুখিগে।

( থোক্খিবা )

প্রবেশক লোইরবা

---

**প্রমোদবন** ( Pleasure Garden )

( মানইশিঙ্গা লোয়ননা পদ্মাবতী অমসুং আবন্তিকা বেযশেৎপী বাসবদত্তা চঙ্লক্পা )

চেটী—করিগীনো মজাইবেম্মনা প্রমোদবন্দা লেঙ্বিরক্লিবসে ?

পদ্মাবতী—শেফালিকাগী চরোংশিংসি শাৎলবরা য়েঙ্গে লাক্লিবনি।

চেটী—মজাইবেম্মা ! শাংলে শাংলে। প্রবালনা মবকখন্ন মুক্তা পরেংশুন্না লৈ শাংলে।

পদ্মা—অহু ওইরবদি ইবেম্মশা ! কবিগী তৌজিক্ ভাইবিবিবনো ? থীম্বিরণু ।

চেটী—অহু ওইরবদি মজাইবেম্মা ! নুংপাক্ অসিদা মিকুপ্ অমতং ভাম্থোইবিয়ু, ননাই লৈ হেক্চকুগে।

পদ্মা—আর্য্যে। ঐখোয় অসিদা ফম্সিবা ?

বাস—লেঙ্শিন্বিসি। ( অনিমক ফম্মে )

চেটী—( মহুম্ তৌরগা ) য়েংবিয়ু, য়েংবিয়ু, মজাইবেম্মা, ঐগী শিন্থাবে লৈরাং থল্লব খুজোক্ অসি মণি অভাংব তখাই মাল্লে।

পদ্মা—( য়েংলগা ) বাঃ বাঃ ! কয়াত যজখ্রব লৈনো ! আর্য্যা, মিৎয়েং তাবিযুদো।

বাস—ওম্থোক্লস্থ ফজখবেদা।

চেটী—মজাইবেম্মা ! অতৈস্থ হেক্চবব্খোরা ?

পদ্মা—ফরে, ফরে, অতৈ হেক্লগু।

বাস—সখি ! কবিগী খাম্বিরিবা ?

পদ্মা—আর্য্যপুত্রনা অসিদা লেঙ্শিন্বদা লৈ ময়াম অসিদা সনা মিৎয়েং তাবিবদা ঐগী লেমজবা ওইগনি !

বাস—ইতা ! নবুঙোবু শুংশিবরনে ?

পদ্মা—আর্য্যে ! খঙ্জদে, অহুবু আর্য্যাপুত্রবু উদবদা খোয়রাভিগু।

বাস—( মথস্তদা ) কয়াত লুবব থবক্লো ঐনা তৌবিবসে ! মহাক্ অহুম্না মহায়ুরি।

চটী—মজাইবেম্মনা থাঙ্গৈশেংনা হায়বিরি— "নুংশি ঐনা ইপু-রোইববু"।

পদ্মা—মতুদা ঐগী সন্দেহ অমদি লৈ।

বাস—করিনো করিনো ?

পদ্মা—ঐনা আর্য্যপুত্রবু নুংশিজব অতুক্ আর্য্যা বাসবদত্তানা মহাকপু নুংশিরম্‌গদরা ?

বাস—মসিদগীম্নু হেন্না।

পদ্মা—করম্ হায়না খঙবিরিবা ?

বাস—( মথন্তদা ) হুম্! আর্য্যপুত্রবু নুংশিমহৃদগী কা ৱাংমা লানখরে। অতুনদি অশুম্নত্তুম্ হায়রগে। ( ফোংনা ) মহাক্না ( বাসবদত্তানা ) মরৈবাক্কী † স্বজনশিংবু থক্ থাদোক্লম্মোই নুংশিবা ৱাৎলম্লবদি।

পদ্মা--ওইরম্বা য়াই।

চেটী—মজাইবেম্মা! নবুঙোদা নিংথিজনা হঙ্গংলু— "ঐম্নু বীণা তম্নিবিঙ।"

পদ্মা—আর্য্যপুত্রদা হঙ্গংখরে।

বাস—অতুদি করি তাক্পিরকই ?

পদ্মা—করি অমত্তা খুম্‌দনা স্বর শাংনা হোল্লগা তুমিম্না লৈরম্মী।

বাস—অতুনদি মবেম্মনা করি অর্থ লৌবিরে।

† মমা-মপানচিংববু।

পদ্মা—ঐদি অম্নুম্ খল্লি—আর্য্যা বাসবদত্তাগী গুণ ময়াম নিংশিং-
লুবদা, আর্য্যপুত্রদি *দক্ষিণ ওইবনিনা ঐগী মাঙদদি
মাত্তগী পিত খাক্পিমাল্লে।

বাস—( মথস্তদা ) ফবিদনা ইরাইবক্তি
মসিনা সত্য ওইব'দি।

( রাজ অমস্তু' বিদূষক চঙ্লকপা )

বিদূ—বাঃ বাঃ! লৈবাং হেক্পদা কেহ্লোব,
† বন্ধক কৌব লৈরাংনা
মচিং মচিং তাহৌবসিদা
নিংথিজবে প্রমোদবন।
মহাবাজ অসোমদা স্না খোঙ্লেঙ্বিসি।

বাজ—মরূপ বসন্তক! ঐ লাক্লে, লাক্লে।
ইখোঙ-খোংনমব চত্তুনা উজ্জয়িনীগী কোন্নুংদা।
অবন্তিবাজকুমাবীবু ইমিং পেন্না উজবদা॥
হায বথোক্তব দশা'মা ঐগী ওইখিব মতমদা।
থাবিংন্মী কাম্দেবনা তেঙ্গৈমঙানা ঐঙোন্দা॥ + ( যুগ্মকম্ )
মতুগীদাগ হৌজিক্ফাওবা কোক্তিংনা হৃদিন্নুংদা।
থাবিববে অমুক্ হন্না ‡ বতিপতিনা ঐঙোন্দা॥
তেন্মঙাত লৈজব কবম্তৌনা মহাক্লা।
থারক্পগে ঐঙোন্দা তেঙ্গৈ তরুক্ শুবনা? ১॥

---

* মতু ময়াম্বু চপমান্নবা মুংশিব নিপা। † লৈ অঙাংব জাৎ অমা। + See appendix. ‡ কামদেব।

বিদূ—রাণী পদ্মাবতীনা কদোমদা লেঙ্‌খ্রবনো ? লতা মাগুপ্তা লেঙ্‌লম্গত্রা নত্রগা কৈ-মউনকূপ্ল মাম্ব--*অসন' লৈবাংনা কূপ্‌শিম্ব 'পর্ব্বত-তিলক্' নূংপাক লোম্দা লেঙ্‌লম্গত্রা নত্রগা অয়াকূপা মনম্-থল্লব ‡ সপ্তপর্ণ বন তাম্না লেঙ্‌লম-গত্রা ? নত্রগা শজি-শঙাই-উচেক-রায়া-থম্ন-য়েকশ-দাক-পর্ব্বতকতাম্না লেঙ্‌লমগত্রা ? ( মথন্থা য়েংলগা ) বাঃ বাঃ !

সনা মিংয়েং তাবিম্নুদো সনা পুক্লিং খোযদানা ।
ল্‌রব শরৎ আকাশ্‌তা উবোক্ পবেং পাইবিনা ॥
বলবাম্গী পাম্বোম অনি ফন্দোক্কনা লৈবগুম্না,
কয়াত নিংথিজরিবা সনা মিংয়েং তাবিযুনা ॥

বাজ—মরূপ, উরে—ময়ামসে—

চুমত্রিং-চুম্না ইশন্ শম্না মতৎ-মতৎ ইচাই-চাইনা,
অমুক্ পাইখৎ অমুক পাইথ লৈথোক-লৈশিন্ তৌত্বনা,
সপ্তর্ষি মণ্ডল মতৌগুম্ খোইত্রিং খোইত্রা তৌনপাইবা,
মকু-হুবত ভায়রিবা লানগী মরুকুম্ ল্‌লবা,
অতিয়াগী সীমানাবু অনিথোক্না থায়্‌গুম্লিবা ॥ ২ ॥

চেটী—য়েংবিযু, য়েংবিযু, মজাইবেম্মা !

অঙৌব থম্বাল পরেঙ্গুম্না,
তাইফেৎ তাইব উরোক্শিংনা,
শঙ্গু শঙ্গু পুক্লিং হুনা,
পাইরিবসে ! নবুঙো'সিদা লৈয়ে !

---

* লৈ-অমগী মমিং ‡ লৈজাৎ অম। ।

পদ্মা—হুম্, আর্য্যপুত্র লৈরেদনা। আর্য্যে! নং য়াওরবনিনা আর্য্যপুত্রগা উনররোই। অতুনা ঐখোয় মাধবীলতামণ্ডপ্তা চঙ্শিল্লসি।

বাস—য়াম্না ফরে।

( মতুমক্ ভোতুনা )

বিদূ—মবেম্ম পদ্মাবতী অসোম্দা লাক্লম্লগা লেঙ্খোক্খ্রে।

রাজা—করম্না খঙবিরিবা ?

বিদূ—সনা মিৎয়েং তাবিয়ুদনা, সেফালিকা চরোংশিংদগী লৈ হেক্তোক্খরে।

রাজা—বসন্তক, লৈগী মচু মখল্ কয়া য়াম্লিবনো ?

বাস—( মথন্তদা ) বসন্তকগী মমিং পম্ব তাবদা ঐ অমুক্ হন্না উজ্জয়িনীদা লৈরবোই খল্লি।

রাজা—বসন্তক ! ঐখোয় নূংপাক অসিদা ফম্তুনা পদ্মাবতী লাক্পা ঙাইসি।

বিদূ—ফগনি ! ( ফম্মগা অমুক্ হোৌগন্তুনা ) ইস্ শারেদা ! শরৎ ঋতুগী নুংশাসিদি, খাঙ্ববু ঙম্দরেনা ! লেঙঙসি, মাধবী মাণ্ডপ্তা লেঙ্শিল্লসি।

রাজা—অচ্ছা, মাঙ্খারো অছুদি !

বিদূ—সনা খোগঙ্গরে। ( অনিমক চৎপা )

পদ্মা—আর্য্য বসন্তকনা ঙঙ্গমকপু মকোক্মমৈ খঙ্হল্লোইদোরে। করিনো ঐনা হৌজিক ভোগদবসে ?

চেটী--মজাইবেম্মা ! হয়িংখোয়-তোংলিবা উরি অসি নোমৃহুনা নখুভো লেঙ্শিল্লক্কনবা ভৌগেদো ?

পদ্মা—তৌ, তৌদো !

( চেটীনা মহুমক্ ভৌবা )

বিদূ—আঃ শিরে শিরে ! করিনো, ভাইবিখো মহারাজ !

রাজা—করিদোরে ?

বিদূ—মিনাই নূপীগী মচা খোইনা চিক্লে ঐভোন্দা।

রাজা—নত্তে নত্তে, মহুম্না চৈ-থাঙ্গনু। খোইদা লঙ্নগনু। য়েঙভূদো

নৈহী-ময়ায়না ভংব নৈহী *চূপ্পবু।
চেক্কেৎ কোল্লি কাম্বা ভাওবী চান্নবীনা।
খংহৎবদা মখোয়বু খোঙ্থাং শউম্না।
চান্নবীগা কায়নগনি ঐখোয়গুম্না॥ ৩
অহুনা ঐখোয় অসিদা ফম্মসি।

বিদূ—য়াম্না ফরে। ( অনিমক্ ফম্বা )

চেটী—মজাইবেম্মা ! বন্দী ওইরেদো ঐখোয়দি !

পদ্মা—লাইবক ফরে, আর্য্যপুত্রন্দু ফম্বিখরে।

বাস—( মথন্তদা )—ইরাইবক ফৈদা, আর্য্যপুত্রগী সনা হকচাং মহৌশাদোনা ফনা উরি।

চেটী—মজাইবেম্মা ! আর্য্যাগী মিত্তা ঈরা থম্না চেন্নে।

* হয়িংখোই।

বাস—খোই ময়ামগী উংপাতনা লৈরিক ময়াম্ পাইশিষদগী মিত্তা ঈরা চেল্লিবনি।

পদ্মা—চুম্মী, ওইরিনি।

বিদূ—ফরে অত্থদি! প্রমোদবন অসি হোজিক্কি য়াপ্না চীক্রে। হঙ্গচ্চনিংব খর লৈ। হঙ্গচ্চোরা ?

রাজা—ননীঙ্ তৌনা।

বিদূ—কনানা হেন্না নুংশিবগে—মমাঙৈগী বাসবদত্তাগা হৌজিক্কী পদ্মাবতী-গা ?

রাজা—ঐহাক্পু নংনা য়াম্না অরুব-দশাদা তাহল্লেদনা'সিদে ?

পদ্মা—য়েঙঙ্দো সখি! কয়াত অরুব দশাদা তাববনো আর্য্য-পুত্রসে!

বাস—( মথঙ্গা ) ঐমন্ন্ কয়াত ল ইবক থাববনা।

বিদূ—খুসী তৌনা মখাক্ থম্দনা হায়দোক্পিসি স্নাখ্া ইবুঙো। অমতুনা লৈখিদ্রবানি, অসিমস্থ সনা নাক্তা লৈতবানি।

রাজা—মন্নপ্! হায়রোই, হায়রোই অসাব' মন্নুত্তি চান্ কাবা ওম্দে।

পদ্মা—আর্য্যপুত্রনা তাক্পিরিবসিনা ওক্নে।

বিদূ—স্নাখ্া ইবুঙো! সত্য সত্য-সরিশো। অতৈ কনা অমত্তদা হায়দোক্লোই। ইরৈ চীক্লবসিনি।

রাজা—খৌনা কনা-পাক্ হায়দোক্পা ওমদবে, সখা!

পদ্মা—মসি কয়াত মবুদ্ধি লৈতব মীনো! অসি কাওবদা কনা পুক্লিঙ্গী য়া থঙবা ওম্দরি।

বিদূ—ঐঙোন্দা তাক্‌থোক্‌পিরম্লোইদরা ? অহু ওইরবদি নুংকাল অসিদগী খুবৈ অমত্তা লেঙ্‌থোক্‌পা ঙম্লোই। সনাখ্‌া ইবুঙো হৌজিক্ বন্দীনি ।

রাজা—জ্বর দম্ভিম্না অহুদি ?

বিদূ—মানি, জ্বর দম্ভিনি।

রাজা—অহু ওইরবদি য়েংনবা তারেদনা।

বিদূ—সনা বুদ্ধি ভৌবিয়ুদা। চান্‌বিয়ুদা ! মরাপি, সভ্য হায়-দোপিরক্লনি হায়বদগী রাশক্‌চরিননি ।

রাজা—গতি লৈত্রেদনা ? তারো অহুদি :—

মশক্-রাশী লম্‌চৎ-বেভারদদি।
য়াম্না পামজৈ পদ্মাবতীবুদি ॥
বাসবদত্তাদা লুপ্‌খিব মোন্দি।
হুবা ঙম্‌ত্রি হৌজিক্ ফাওবতদি ॥ ৪

বাস—( মথস্তদা ) বাঃ বাঃ ! ঙসিদি ঐনা হৌজিক্ ৱারিবসিগী মহৈদি ফংলে। *অজ্ঞাত-বাসমু তাঙ্গাসিদদি য়াম্না কান্নরিবোইরে।

চেটী—মজাইবেম্না ! নবুঙোদি মিনুংসি খঙ্‌দেদনা !

পদ্মা—সখি ! অহুম্‌কাকা হায়জনু। আর্য্যপুত্রদি চপ্‌মান্নবা চান্‌বিবনি। হৌজিক ফাওবা আর্য্যা বাসবদত্তাগী গুণ নীঙ্‌শিংবিরি।

* লোত্‌না লৈবা।

বাস—মবেম্মা ! অচৌববংশগী মতিক্চাব রাঙাংনিদনা !

রাজা—ঐগীদি হায়রেদোসে। হৌজিক নহাক্কী হায়রো। কনানো নঙোন্দা মুংশিনা থোক্লিবদি ? মমাঙৈগী বাসবদত্তারা, হৌজিক্কী পদ্মাবতীবা ?

পদ্মা— আর্য্যপুত্রস্থু বসন্তক ওল্লেদনা।

বিদূ— চোইরোন্-পারোন্ লোল্লগা ঐগী কবি কান্ননি ? মবেম্মা অনিমক্পু ঐনা য়াম্মা নুনা তৌজৈ।

রাজা—মূর্খ। ঐবুদি নমত্থনা তাক্থোক্হল্লগা হৌজিক্ নংদি হায়দোক্লোইদৌরিবা ?

বিদূ— অত্থনদি ঐভোন্দস্থু জবরদস্তি তৌবিদৌবিবরা ?

রাজা—করিদি ওইনি, নমত্থনা।

বিদূ— মত্থ ওইরবদি, ঐডোন্দগীদি কবিস্থু সনা নাকোংনা তাবা ফংবিররোই।

রাজা—কৃপা তৌবিয়ু, চাম্বিয়ু ! মহাব্রাহ্মণ ! ননীঙ তৌনা হেক্তা হায়দোক্পিয়ুদা !

বিদূ — অত্থ ওইরবদি তাবিরসি হোজিক, মাননীয়া বাসবদত্তাবু ঐনা য়াম্মা নুনা চান্না তৌজৈ। অত্থগা পদ্মাবতীদি ফজবী লৈশাবী শাউদবী থোজাক্কী রাঙাং থুম্বী চাওথোক্তবী ॥ অত্থবু বাসবদত্তাগী মহাগুণ অমদি অসিনি :—কদায়নো আর্য্য বসন্তকত্থবো ?

অসি হায়ত্থনা তৌবি ঐবু তরাম্-তরাম্না,।
হাউর-হাউরব অচাথক্ পীজৈ পুরক্তুনা।

বাস — ( মথন্তদা ) ফবে ফবে, বসন্তক ! হৌজিক্ মসিবু ( মহাকপু ) নিংশিঙঙ্‌দো ।

বাজা—যাম্না ফবে, বসন্তক ! পুন্নমক অসি দেবী বাসবদত্তাদা তমগনি ।

বিদূ — হায়্ হায়, বাসবদত্তা ! বাসবদত্তাবু কদায়দনো ? লৈথিদবা কুইবেনা বাসবদত্তাদি ।

বাজা—( থৱাই ৱানা ) চুম্মিনা ! বাসবদত্তা শিখ্রব্নি ।
পাথোরক্‌ই ইপুক্লিংসি অস্নুম্না ফাগি তৌবদা
হায়খ্রব ৱা মথোরক্‌ই মহৌশাগী অভ্যাসনা। ৫

পদ্মা— মুঙাইবব প্রসঙ্গ অসি তম্থিব থৌদোক্ য়াওবনা ভাব অমবোমদা চংখবে ।

বাস—( মথন্তদা ) ফরেদা ! হৌজিক্তি ঐ থাজরে । ৱাতা অসিগুম্বসি মী খঙ্হন্দনা তাবা কয়াত মুঙাইরিবা !

বিদূ— তপ্থবিয়ু, পুক্লিং ঙ্কাবিয়ু । বিধিনা তম্বা শোয়দবনি । হৌজিক্সু মতুমক্ থোক্লিবসিনি ।

ৱাজা—চান্নব মরূপ ! ঐগী অবস্থাদি নংনা খঙবিদেদো । মরমদিঃ—
অৱাবনি থাদোক্পা মৱা চেৎপ মুংশিবা।
নিংশিং নিংশিংলুরগা নৌথোরক্‌ই অৱাবা॥
খ্বাইগী হৌনবনিদো মীত্তা ঈৱা চেন্দুনা।
লম্মন্ শিংদোক্চবনা শান্তি ফংনৈ শোয়দনা॥ ৬

বিদূ— সনা মায়থোং পিনা থ্ঙ্কৎলে। চিন্কুপ্পব-ঈশিং লৌজ-ক্লথিগে। ( থোকখিবা )

পদ্মা—আর্য্যে ! আর্য্যপুত্রগী মিৎস্না-ঈরা মায়্খুম্-খুম্ব মায়থোং ওইব্রে। লেঙভসি, ঐখোয় চৎথোক্লসি।

বাস—মহুনা ফরনি। নত্রগা ইবেম্মা লৈবিখো। খোয়রাংব-মপুরোইববু থাদোক্লনা চৎপা চুমদে। ঐতমক্ চৎলগে।

চেটী—কৈ, আর্য্যনা হায়বিরিবসি কৈ। মজাইবেম্মা লেঙশিল্বিরো নবুঙোগী সনা-নাক্তা।

পদ্মা—অহুবু ঐবু চঙ্গদরনে ?

বাস—মবেম্মা ? লেঙশিল্বিসি।

( অসি হায়রম্মগা থোক্খিবা )

( চঙ্লগা )

বিদূ— ( থম্নাদা ঈশিং পুবক্লগা ) এঃ ! মবেম্মা পদ্মাবতীনিনা !

পদ্মা— আর্য্য বসন্তক ! করিনো মহুদি ?

বিদূ— অসিনি মহুনি, মহুনি অসিনি !

পদ্মা— আর্য্য ! হায়বিয়ু, হায়বিয়ু।

বিদূ— মবেম্মা ! মালংবনা হুম্বনা, কাশ্-লৈরিক্ চঙ্হুনা মিৎস্নাঈবা শিল্বনা নবুঙোগী মায়্থোং থ্ম্খ্রে। অহুনা চিন্কুপ্পব ঈশিংনি লৌবিয়ু।

পদ্মা—( মথন্তদা ) হুম্ ! মিন্নুংশি থঙ্ব মপুগী মিন্নুংশি থঙ্ব মনাই। ( মনাক্তা চঙ্শিন্নগা ) আর্য্যপুত্রগী জয়। চিন্কুপ্পব ঈশিং অসিদা লৈজরে।

রাজা—বাঃ পদ্মাবতী। ( মাকয়োম্দা ) বসন্তক ! করিনো মসিদে ?

বিদূ —( নাকোংদা ) মসিনিদনা।

রাজা—বাঃ বাঃ বসন্তর্ক ! ( আচমন তৌরগা ) পদ্মাবতি ! চঙ্শিল্লকউ, কম্মোরাও।

পদ্মা—আর্য্যপুত্রগী সনা য়াথং কিগাও শাজরি। ( কন্থবা )

রাজা—পদ্মাবতী।

ঙৌরোক্ ঙৌব শরৎ-থাজগুম্ মুংশিংনা ছুম্ব ভামিনি।
কাশ লৈরাঙ্গি লৈরিক্না ইপি শিম্বরবা মায়নিদো॥ ৭

( মথন্তদা )

নৌনা লুহোংবী অঙাংনি অচুম্ব তারগা ব্রাগনি।
মবুক্ তপ্পী ওইরবসু ফিঙ্গৎপা নূপীগী স্বভাবনি॥ ৮

বিদূ—ঙসি মুংথিন্ মগধ মহারাজনা, মহাক্কী মরূপ-মপাংশিঙ্গা শ্রীযুৎকা শক্খঙ্-মায়খঙ্নবগী শীল্লাঙ্বিরিবসি য়াম্না ফৈ। খঙ্ন-চান্নবনা অমগামগা মুংশিনহল্লি। অদুনা লেঙ্খৎপিরো, মবুঙো।

রাজা—অচ্ছা। খাইদগী হেন্না কথ ব্রাসি ( হোগৎপা )

মতিক্ মগুণ অচৌব চেম্ব।
তত্তনা মীধু সম্মান্ তৌবা॥
হোঙ্বনি মীদি সংসারসিদা।
গুণ খঙ্বদি য়াম্না তাঙিজদা॥ ৯

( অমযক্ থোক্খিবা )

মরিশুব অঙ্ক লোইরবা !

---

## মঙাশুব অঙ্ক

### প্রবেশক ( Interlude )

### লৈমাকোন্‌গী নাকন্ অমদা।

( পদ্মিমিকা চঙলক্পা )

পদ্মি--মধুকরিকা! মধুকরিকা! লাউ থুনা। ( চঙলকপা )

মধু—সখি! লাক্লে ঐ। করি তৌ হাযবগে?

পদ্মি—সখি! নং তাত্রা, মজাইবেম্মা পদ্মাবতী কোক্ চিক্‌না ফর-ফর ওল্লিবসে?

মধু— আঃ ওস্তোক্পনিদা!

পদ্মি—সখি! চেল্লু থুনা, আযা আবন্তিকাদা পাউ হায়ক। মজাইবেম্মগী কোক্ চিক্পগী পাউত মহাযবম্মু। মশানা হেক্তা লাক্চগনি।

মধু— সখি! মহাক্লা করি তৌখিরনি?

পদ্মি—মহাক্লা শোয়দনা লুংশিব রাহেনা মজাইবেম্মগী কোক্ চিক্পা ফহল্লগনি।

মধু— হোয়নে, চুম্মী। মজাইবেম্মগী চেপ কম্ কদাযদনো?

পদ্মি—*সমুদ্রগৃহকদা শয্যা থারিবনি। হৌজিক নং চৎলো। ঐসু মবুঙোদা হস্তৎনবগী আর্য্য বসন্তক থিকগে।

মধু— করে অহুমঙাইরে। ( থোকখিবা )

---

* ঊশিং মরায়দা নঙ্গা মযাদা শাব যুম্ মচা ( পোথারবগী )।

পদ্মি—হৌজিক কদায়দনো আর্য্য বসন্তক থেংনগদবসি ?

( বিদূষক চঙ্লকপা )

বিদূ—পদ্মাবতী-বিবাহদগী থোরকপ-য়াম্না মুঙাইব মঙ্গল-উৎসব অসিদা ওসিদি রাণী ( বাসবদত্তা ) কায়নবদগী থব্রাই-ব্রারব বৎসরাজগী কামগী মৈচাক্ য়াম্না হেন্‌গৎলে। ( পদ্মিনিকা উবদা ) পদ্মিনিকানিনা ! পদ্মিনিকা ! অসিদা করি তৌরিবনো ?

পদ্মি—আর্য্য বসন্তক ! তাবিত্রিবরা, মজাইবেম্মা পদ্মাবতী কোক্ চিক্ত্না ওথোইরিবসে ?

বিদূ— ইবেম্মা ! থাঙ্গৈশেংনা ঐদি খঙ্দেদনা।

পদ্মি— অত্থুদি শ্রীযুক্তা খর হঙ্গৎপিয়ু। ঐস্মু কোক্-তৈনব হিদাক্ পুত্থনা থুনা লাক্লগে।

বিদূ— পদ্মাবতীগী শয্যা কদায়দা থারিবগে ?

পদ্মি— সমুদ্রগৃহকদা শয্যা থারিবনি ।

বিদূ— করে, চৎলো। ঐস্মু শ্রীযুক্তা হঙ্গৎলুখিগে।

( থোকখিবা )

## প্রবেশক লোইরবা

( রাজা চঙ্লকপা )

রাজা— মতম্ মতুংইন্না লুহোংবদা অমুক্ হন্না।
উন্ন-হাৎপ থম্বাল্‌গুম্ লাবানকী থাম্বিনা।
মশা চাক্‌পিখিব থম্ম চেৰী মতিক্ চাবী।
অবন্তি রাজকুমারীবু নিংশিংলক্রে ঐনা॥ ১

বিদূ — থুনা শ্রীযুৎ থুনা।

রাজা—করিগীনো ?

বিদূ — রাজকুমারী পদ্মাবতী কোক্ চিক্ত্না নারে।

রাজা—কনানা হায়বিবা নঙোন্দা ?

বিদূ — পদ্মিনিকানা হায়রম্মী।

রাজা—ওঃ, অরাবনিদা !

ফজব লন্না তিল্লবী গুণ পুন্নমন্নু চেল্লবী।
প্রিয়াবু ঐনা ফংবদা থেংনখিবা মমাঙৈদা।
অরাবা ঐগী হৌজিক্তি খল্লুরে ময়েং তারবোই ॥
থেংনখ্রব অরাব'ছু নিঙ্লে ঐনা থোক্লদবোই।
পদ্মাবতীমক্তদসু হান্নগী মতৌ অত্নমা ॥ ২

হৌজিক্তি পদ্মাবতী কদায়দা লৈ ?

বিদূ — সমুদ্রগৃহকদা।

রাজা—অত্নদি লম্বি চিঙঙ্।

বিদূ — লেঙঙসি, লেঙ্বিরো।

( অনিমক্ কোয়চৎ চৎপা )

সমুদ্রগৃহক—

বিদূ -- মসিনি সমুদ্রগৃহক। শ্রীযুৎ লেঙ্শিন্বিসি।

রাজা--নং মাঙ্থাউ।

বিদূ -- ফরে অত্নদি। ( চঙ্লগা ) এঃ সর্বনাশ ! ঙাইবিথো মহারাজ। লেঙ্থোক্পিথো !

রাজা—কৈদোবে কৈদোবে ?

বিদূ — ফম্মাংদা লীল অমা লৈবে , থাংমৈ মঙাম্দা মশা উরে।

রাজা—(চঙ্‌শিল্লগা, য়েংলগা নোক্তুনা) আহা ! মূর্খগী লৌম্নি হায় মসিদি

লৈপবেং থোংদা য়াল্লম্বা শাংনা-তিংনা * লৈদা তাবা

লৌম্নি লোবে মূর্খনংনা।

মুংশিংনা তপ্পা অতিংদা থবো মালো শুলহুম্বদা

উংপনি খিঙং লীন্‌গুম্বা ॥ ৩।

বিদূ—( মুম্না য়েংলগা ) সনাযাথ তাক্‌পিরিবত্থু শোয়্রদবে। মসি

লীন্ নত্তে। ( চঙশিন্দুনা য়েংলগা ) রাণী পদ্মাবতী মসিদা

লেঙশিল্লম্লগা লেঙথোক্‌খ্রমাল্লে।

রাজা—মরূপ। লাক্লমদবনা নম্মি।

বিদূ — কবম্না সনায়াথং অত্থুম্ তাক্‌পিরিবা ?

রাজা—মসি খঙবদা কবি লুবগে ? য়েঙঙুদনা—

ফমুংস্থু কৃশ্বদে মায়থফি কৃশিন্দে

থাবম্বগা মাম্লনা লৈ।

অঙৌব কোক্কীমোন্ কোকৈব.হিদাক্লা

মোংহন্দনা কায়দনা লৈ ॥

অনাব পোশ্বাকম ওইনব নিংথিব

থম্‌দে'সিদা করিমতা।

নারিঙৈ মতমদা ফমুংবু ফংবদা

থাদোক্লিংদে হেক্ মথম্বা ॥ ৪

---

* লৈমাইদা ছন্দগী শমজিন্‌বা।

বিদূ —অহুনদি লেঙশিন্তিসি শয্যাদা ওহাক্তং মবেন্ম্যবু ঙাইবিসি।

রাজা—কৈকৈ। ( কম্মগা ) নিদ্রানা ফাজিল্লে ঐবু, বন্ধু! রাবি অমতা লীয়ু।

বিদূ —লীজগে। অহুদি "অং অং" * খুম্বিবা তাই সনাখুংনা।

রাজা—কৈ।

বিদূ —উজ্জয়িনী কৌব নগর অমা লৈরম্মী। মফম অহুগী ঈশি না ইরুজরবদি শক্ য়াম্না ফজে হায়নৈ।

রাজা—করি! উজ্জয়িনী হায়ববা ?

বিদূ —রারি অসি মুঙাইত্রগা অতৈ অমা লীজগে।

রাজা—নত্তে মরূপ! রারি অহু মুঙাইতে হায়বা নত্তে।

অহুবু—

মমা-মপা নিংশিঙবদা মুংশিবদৈ চংলমদাইদা,
মিৎনুদগী শিন্থরকপা পিনা ঐগী থবাক লম্প্লা,
অবন্তী নিংথৌ মমোন্থু নিংশিঙিঙ হেক্তা ঐহাক্লা॥ ৫

অহুগা—

বীণা খোংবা তাক্লীঙৈদা য়েংলম্মী মুন্না ঐঙোন্দা।
মজ্রাপ্ নাম্থে হায়্বা থঙ্দে খোংলম্মী শূন্দা থত্তুনা॥ ৬

বিদূ —ফরে অহুদি, অতৈ অমা লীজরগে। ব্রহ্মদত্ত-কৌব নগর অমা লৈরম্মী। মহুদা কাম্পিল্য কৌব রাজা অমা পাল্লম্মী।

রাজা—করি করি ?

বিদূ —( অমুক হন্না হায়বা )

* হায়না হ্না রাথং ভাকপিবা তাই।

রাজা—মূর্খ ! ব্রহ্মদণ্ড রাজা, কাম্পিল্য নগর হায়রু।
বিদূ —করি ! রাজা ব্রহ্মদত্ত, নগর কাম্পিল্য হায়রবা ?
রাজা—হোয় ! অদুম্ হায়রু।
বিদূ —অদুওইরবদি, ভহাক্তং ভাইবিখিবতাই, ননাই ঐ চিন্কা অদুক্ পুজখিগে। রাজা ব্রহ্মদত্ত, নগর কাম্পিল্য ( হয়া হয়া হায়রবা )। হৌজিক্তি তাবিরসি মহারাজ ! ইমে ! চেপ-খে্দনা ! হৌজিক্পু য়ায়া ঈগুভিদা ! ইম্নকীদুম্ লৌরুখিগে। ( থোক্খিবা ) ( আবন্তিকা কীজোয়া বাসবদত্তা চঙলক্পা, চেটীস্থ )
চেটী—লেঙবিরকউ অসোমদা আর্য্যা। রাজকুমারী শাখিনা কোক্চিক্তুনা হকচাং ঈরি।
বাস —অরাবনিদা ! পদ্মাবতীগী শয্যা কদায়দা থারিবগে ?
চেটী—সমুদ্রগৃহকদা শয্যা থারিবনি।
বাস —অদুদি মাঙ থাদুনা লম্জিঙেঙারাও। ( অনিমক্ কোয়চৎচৎপা )
চেটী—অসিনি সমুদ্রগৃহক। আর্য্যা লেঙশিবিয়ু। মায় তৈনব-মলম্ শৎ-লৌজরুগে। ( থোকখিবা )
বাস —ওস্থোকপাভিদা ! কয়াত থোজাবিদব লাইশিংনো ! ঐ কায়ন-বদগী খোয়রাংলিব আর্যপুত্রগী পোথানকম্ ওইরিবী পদ্মাবতীস্থ নারে। চঙ্লুখিগে। ( চঙলগা অমস্থং য়েংলগা ) হা হা ! কয়াত থৌ-ন্না শাদব-মনাই-মশম্নো ! অনাবী পদ্মাবতীবু থাংমৈতনা সেবা তৌহন্নবগা লংশেক্পিরয়ে। পদ্মাবতী মুঙাইনা তূম্লি। কমদুম্ কম্খিগে। তোঙাল্না কয়দি মুংশিনদমাল্লি ; অদুনা কমুং অসিমক্তদা কম্মুগে। ( কম্নগা )

বাঃ। মহাক্কা ফম্মিন্নরগা ঙসি ঐগী থমোইসি মুঙাইবনা কয়াত ফুংফুং কারিবা ! লাইবক ফরেদা। ম্বর শাংনা মুঙাইনা হোল্লিনে ! অনাবা ফরমাল্লে। নত্রগা ফমুং নাকল্ অমা হাঙনা থম্লিবসি "ঐবু কোল্লু" হায়রিমাল্লে। মহাক্কী ময়া অসিদা ঐ হিপ্পত্নম্ হিপ্থখিগে।

( হিপনবগী থোরাং ঞৈবা )

রাজা—( মমঙ্দা ) হো বাসবদত্তা !

বাস —( ফুক হোগৎলগা ) ইসে, আর্য্যপুত্রনিদনা, পদ্মাবতী নত্তেনা ! ঐহাক্পু উথ্রিদরসে ? উখিরম্বা থোক্লবদি আর্য্য যৌগন্ধরায়ণগী অকন্ব রাশক অত্থুদি অরেম্বদা তাবা তাই।

রাজা—হো অবন্তি রাজকুমারি !

বাস —লাইবক ফৈদা ! আর্য্যপুত্র মঙ্ মঙ্লি। কনা অমত্তা লৈতে অসিদা। ঙহাক্তং পম্থত্না মীংকা থমোইগা পেলহন্খিগে।

রাজা—হো প্রিয়ে ! হো প্রিয়শিষ্যে ! ঐনা কৌরিরবসি খুম্মু।

বাস —খুমজগে ইবুঙো ! খুমজগে।

রাজা—নং শাউরিবরা ?

বাস —নত্তে, শাউজদে, ননাইদি রানা লৈজরি।

রাজা—শাউত্রবদি, করিগী লীক্-কোল্ শিদবগে ?

বাস —মসিদগী হেন্না ফজবা অতৈ করি লৈগনি ?

রাজা—বিরচিকাবু হৌজিক ফাওবা নিংশিংলিবরা ?

বাস —( শাউনা ) আঃ ! সেদা ! অসিদসু বিরচিকা পখিরিবা !

রাজা—মরম অদুনা বিরচিকাবু ক্ষমা তৌবিনবগী হায়জরিবসিনি।
( মথুৎ তিংথোকপা )

বাস —কুইবে লৈবিবসি। কনাগুম্বনা ঐবু উথিবা য়াই। অদুনা চৎলগে ঐ। অদুদি, ফমুংদগী হাইথরিব আর্য্যপুত্রগী খুৎ অসি ফমুংদা থাঙ্গৎলম্লগা চৎলগে।
( মদু তৌরম্মগা থোক্‌খিবা )

রাজা—( থংহৌ হৌগৎলগা ) বাসবদত্তা ! ঙাইখো, ঙাইখো। আঃ ওন্থোক্‌পনিদা।

থেংজিল্লম্মী থোঙ্‌জিন্দা ঐনা ফুক্‌হেক্ হৌগৎপদা।
মঙ্‌-তাইবং থাঙ্গে শেংবা ঙম্‌দ্রে ঐগী রাখল্‌ খঙ্‌বা ॥ ৭

( চঙ্‌শিল্লগা )

বিদূ—এ ! লেঙ্‌খৎলেদনা !

রাজা—মরূপ ! শুঙাইব রা অমা হায়গে নঙোন্দা, হিংলিনহৈ বাসবদত্তাদো।

বিদূ—আঃ ! হা বাসবদত্তা ! বাসবদত্তা কদায়দা ? বাসবদত্তা লৈখিদব অস্তুক্ কুইরবদবো !

রাজা—প্রিয়সখা ! মদু হায়নু,

শয্যাদা তুম্ব ঐহাক্‌পু হৌদোক্লম্লগ চৎখরে।
চাক্‌খ্রে, হায়না মমাঙৈদা নম্‌থাক্ তৌখি রুমথনা। ৮

বিদূ—আঃ। অসম্ভবতি ওইরোই মসি। হো হো ! ঐনা ( উজ্জয়িনীগী ) ঈশিংদা স্নান তৌবগী রা পম্বদগী শ্রীযুৎনা

মহুগী মরমদা স্নাধুদ্ধি তৌবিখিবদগী স্বপন্দা মহাক্পু হেক্তা উরম্ব ওইরিনিদা !

রাজা—মহুরনে, ঐনা মাবু মঙ্দা উরম্বরনে !

হৌগত্তবনা ফরম্মী ওইরম্মবদি 'সিবু মঙ্ ।
পুন্সি চুপ্পা ওইসনু ভ্রম্ ওইরম্মবদি 'সিবু ভ্রম ॥ ৯

বিদূ—চাম্নব মরূপ ! নগর অসিদা অবন্তিসুন্দরী কৌবী যক্ষিণী অমা লৈবনি । মহু থেংনবিবম্ব ওইরম্গনি ।

রাজা—নত্তে, নত্তে,

মশম্মনা পুন্দব মিৎম্না কাজল্ থাদব,
লম্চৎ ঙাক্প মায়থোংদো উখি মঙ্-হেক্ ফাওবদা ॥ ১০

অহুদগী হেন্দুনা, য়েঙঙ্দো মরূপ, য়েঙঙ্দো—
কোস্সিল্লম্মী-ইপাম্বোম্বু বাণীসুংশাথীবী'হুনা ।
শোক্লরম্বহুগী মঙ্দা হরাওতুজংবকোক্ত্রিনা ॥ ১১

বিদূ—শ্রীযুৎনা হৌজিক করিম্নু নত্তবগী চিন্তা তৌবিরগনু । লেঙ্বিরো, মসুং শঙ্গায়দা লেঙশিল্লসি ।

( কঞ্চুকী চঙ্লগা )

কঞ্চু—জয় মশেম্নিংথৌগী জয় ? ঐখোয়গী শ্রীযুৎ দর্শক মহারাজনা স্নায়াথং তাক্পী—হৌজিক মশেম্নিংথৌগী মন্ত্রী রুমথান্না অচৌব তেঙ্গোলগা লোয়ননা আরুণী হাংননবগী থুংলরে । অহুগা ঐখোয়গীসু * চতুরঙ্গসেনানচিংবা বিজয়গী

* শাম্ন, শগোল, দোলাই, থোংমী মরিনা শাব লাম্মী ।

পোৎচং ময়াম্ শেম্শাহনা মৈরে। অদুনা মশেম্নিংথৌ লেৎখৎপিরসি। অদুদগী হেন্দুনা—

য়েক্লব কায়্নরে,
প্রকাশিং থাজরে;
নংঙ্ লুনা, মীন্নব।
মতমদা লান্জাব,
লাম্দীবু নিংথংব,
থোরাংলে ভাক্লব॥
য়েক্লবা হাৎনবৈ,
ওয়মক্ ওম্যবৈ,
ঐহাক্না শীন্থরে।
মহাক্না লাম্দীস্নু,
লাম্হোক্লে গঙ্গাস্নু,
বৎস নখুৎ চংলে॥ ১২

রাজা—( হৌগৎলগা ) য়াম্না ফরে। অদুদি ঐ হৌজিক্—

শামু য়াইশ শাগোন্ থম মহাসমুদ্রগুম্বব,
লান্কম্ অদুদা চৎলগা আরুণীবু মচৎথীব,
হাৎকে কাপ্পুনা তেম্ময়াম্ অঙাওব-ঈথক্ কাপ্থায়গুম্॥১৩
( ওয়মক্ থোক্খিবা )

মঙাশুব অঙ্ক লোইরবা।

## তরুক্‌শুব অঙ্ক

### মিশ্র বিষ্কম্ভক ( Mixed prelude )

### কৌশাম্বী রাজধানী।

( কঞ্চুকী চঙ্‌লকপা )

কঞ্চু—মপাম্‌ সনখোঙ্‌ পুব কমা কনা লৈবগে ?

( চঙ্‌লগা )

প্রতীহারী—আর্য্য ! ননাই বিজয়া লৈজে। করি তাক্‌পিংগদবা ?

কঞ্চু—ইবেম্মা ! হঙ্গংলু থুনা হৌজিক্‌

বৎসরাজ্য ফংবদা মতিক মগুণ হেন্নব

উদয়ন কৌব ইনিংথৌদা।—

মহাসেন্না থাবিরক্‌পা রৈভ্যবংশগী কঞ্চুকীগা, অঙ্গারবতী মহারাণীনা থাবিরকপা বসুন্ধরা কৌবী বাসবদত্তাগী মপীগা লাক্কনা অনিমক্‌ সনখোংনা লৈরে।

প্রতী—আর্য্য। প্রতীহারীনা চঙব য়াব মকম্‌—মতম্‌ নত্তে।

কঞ্চু—করিগী মতিক চাব মকম মতম্‌ ওইত্রিবা ?

প্রতী—তাবিয়ু আর্য্য। ঙসি ঐখোয়গী মহারাজগী সূর্য্যামুখ শঙ্গায়দা কনাগুম্বী অমনা বীণা খোংলম্মী। মহু তাবদা শ্রীযুৎনা সনা য়াথং তাক্‌পিরম্মী—"ঘোষবতীগী মখোন্‌ মাল্লিদা !"

কঞ্চু—অদুদগী ?

প্রতী—মতুংদা অতুদা চৎলগা হুংলম্মী— "বীণা কদায়দগী ফংলুবগে ?" মানা খুম্লম্মী—"নর্ম্মদা তোর্ব্বানগী *কুর্চ্চবন্দা তারম্মী। কাম্লগদবা লৈরগা শ্রীযুত্তা কচিল্লু।" মতু পুতুনা কচিল্লুবদা, মতু মতম্বাক্তা হেক্ কোম্বদা শ্রীযুৎ রাম্বরম্মী। জ্ঞান তারক্লগা শ্রীযুৎনা পিনা পুমচোৎ চোৎনা হায়বিরম্মী—"নংবুদি ফংলেদো, ঘোষবতি! উবা ফংদ্রেদো মাবুদি। "আর্য্য, অতুনা তাঙ্গা চাদে। করম্না হুঙ্গৎলুগনি ?

কঞ্চু—ইবেম্মা! হুঙ্গংলু! মসিমু মতুগা মরী লৈনৈ।

প্রতী—আর্য্য! হুঙ্গচ্চরুরগে। শ্রীযুৎ সূর্য্যামুখ শঙ্গায়দগী লেঙ্-থরক্লেদনা। অসিদা অতুমক্ হুঙ্গচ্চরগে।

কঞ্চু— ইবেম্মা! মতুনতুম্ ফরনি। ( অনিমক থোকখিবা )

মিশ্র বিষ্কম্ভক লোইরবা

( রাজাগা বিদূষকা চঙ্লকপা )

রাজা—তাব-সুংশিব খোম্থোকপি! তম্মগা সুঙাইনা।
নবেম্মগী থবাক্লক্তা মতম্বাক্তা নহাক্লা॥
তম্থিরবী বন্দালৈবী ওইরম্মিব করম্না।
উফুল্-রাইফুল্ তৈরে দগু চাইশিষদৈ চেক্লানা॥ ১॥
অসিদগী হেন্দুনা, সুংশিহৈতবি! ঘোষবতি! নিংশিং-লিরোইদো নহাক্তি নবেম্মনা তৌরম্বদো—

* কুশগী বন।

কক্তুভ পম্বদা নৈহৎপা নাকন্দা,
মুঙাইনা কোম্বিবা য়ারগা থবাক্তা,
তেংথা নাওইনবা ঐগা কায়নবদা,
নোক্না য়ারি শাবা খোংলিঙৈ মরক্তা ॥ ২

বিদূ— হৌজিক্তি শ্রীযুৎনা অহুক্ হাক্না থয়াই চাকৃপা তৌবিরুগনু।

রাজা—মরূপ্! মহুম্ হায়গনু,

কুইনা তুম্খ্রুব ঐগী কাম্ হৌদোক্পিররে বীণানা।
ঘোষবতী লুনা তৌবী রাণীবুদি উত্রে ঐনা ॥ ৩

বসন্তক! —ঘোষবতীগী অনৌব তার অমা খুৎহৈবা অমবু হাপ্হল্লগা পুরকউ থুনা।

বিদূ— সনা য়াথং য়াজরি কিগাওশানা।

( বীণা পুহুনা থোকৃখিবা )

( চঙ্লগা )

প্রতী—জয় শ্রীযুৎকী জয়! মহাসেন্গী মক্কমদগী বভ্যসবংশগী কঞ্চুকীগা, মহারাণী অঙ্গারবতীনা থাবিরকপা বসুন্ধরা কৌবী বাসবদত্তাগী ধাত্রীগা সনথোঙ্দা সনা য়াথং ভাইহুনা লৈরি।

রাজা—অহুদি নবেম্মা পদ্মাবতীদা পাও 'হুক্ হায়রু।

প্রতী—সনা য়াথং তুংইঙ্গরে। ( থোকৃখিবা।)

রাজা—অসুক্ থুনা পাও অসি মহাসেন্না থঙ্লমগদ্রা?

( পদ্মাবতীগা প্রতীহারীগা চঙ্লকপা )

প্রতী—লেঙ্শিন্বিয়ু মজাইবেম্মা, লেঙ্শিন্বিয়ু।

পদ্মা— জয় আর্য্যপুত্রগী জয়।

রাজা—পদ্মাবতি ! তাববরা—মহাসেনগী মফমদগী বৈভ্যসবংশগী কঞ্চুকীগা অঙ্গাববতীনা থাবক্পা বসুন্ধরা কৌবী বাসবদত্তাগী মপীগা থুঙতুনা সনথোঙ্দা লৈবে।

পদ্মা—আর্য্যপুত্র ! শাগৈ-নাতৈগী মঙ্গলগী ঈ-পাও তাবদা নুঙাইজে ।

রাজা—চুম্মী, মতিক্ চায় ন্না হায়রিবসি—বাসবদত্তাগী স্বজন ঐহাক্কীসুনি। পদ্মাবতি। ফম্মু। কবিগীনো হৌজিক্ ফাওবা ফম্‌দ্রিবা ?

পদ্মা—আর্য্যপুত্র ! ননাইনা সনা থোগন্ তৌবিঔদা ননাইশিংহুদা দর্শন পীনবিগেবা ?

রাজা—দোষ করি লৈবগে ?

পদ্মা—আর্য্যপুত্রনা অমামুক লুহোংবনিদো, মখোয়না য়েংনিংলমদবা য়াই।

রাজা—ঐগী নূপীগা উনব য়াব মীদা ঐগী নূপী উনহন্দবদি দোষ য়াম্না লৈ। অতুনা ফম্মু।

পদ্মা—আর্য্যপুত্রগী সনা য়াথং ইঙ্গবে। ( ফম্মগা ) আর্য্যপুত্র ! পাবুংখোয় ইমাখোয়না করি হায়রগবা ? য়াম্না খোইতাদরে।

রাজা—পদ্মাবতি ! অত্থুম্ মতৌনৈ।

কবি হায়দগে হায়ব রাখন্দগী !
খোঙ্গুস্তাদবে থরায় ঐহাক্কী ॥
চেল্লুবগস্ত্র ঐহাক্না কন্‌খিদে মচানূপীবু ।
লেপ্প নাইদব লাইবক্না মি্দা থীহল্লে ঐহাকপু ।
মপা শাউহম্ব মচাগুম্ লৈবে ঐহাক্ ইকী কিনা ॥ ৪

পদ্মা—মতম শুববদা কবিস্নু কন্বা ঙম্‌দে ।

প্রতী—কঞ্চুকীগা ধাত্রীগা সনথোঙ্দা ঙাইজরি ।

রাজা—চঙ্ হল্লকউ থুনা ।

প্রতী—সনা চবণগী কুপানি । ( থোক্‌খিবা )

( কঞ্চুকী, ধাত্রী অমস্নুং প্রতীহারী চঙ্‌লকপা )

কঞ্চু—হে !

সুঙাইবে য়াম্না লাক্‌পদা　　সম্বন্ধিবাজ্য অসিদা
সুঙাইতে'হুবু শিখিব　　বাজ্‌কুমারী নিংশিংবদা ॥
কবিগী অস্নুম্ হে বিধি !　　শীল্লম্‌দবগে নহাক্না ।
বাজ্য মীথুং চন্‌খ্রবস্নু　　বাণীদি তেক্ত-কায়দনা ॥ ৫

প্রতী—ঐখোয়গী মহাবাজ অসিদা লৈবে, আর্য্য ! লেঙশিল্লু সনা নাক্তা ।

কঞ্চু—( চঙ্‌শিল্লগা ) জয় মহাবাজগী জয় !

ধাত্রী—জয় ইনিংথৌগী জয় !

রাজা—( য়াম্না সম্মান তৌনা ) আর্য্য !

পৃথিবীগী রাজাশিঙ্গী কাব-কুম্ব শীম্ব-মপু ।
পাম্জব মরী ঐহাকী য়াইফরিব্রা নিংথৌহুবু ॥ ৬

কঞ্চু—অজ্ঞা, মহারাজ মহাসেন্ মঙ্গল ওইরি। অসোম্‌দস্নু খ্বাইগী মঙ্গল সনাখুত্তগী হৎবিরক্‌ই।

রাজা—( আসন্দগী হৌগৎলগা ) মহাসেন মহারাজনা করি সনায়াথং তাক্‌পিরক্‌পগে ?

কঞ্চু—বৈদেহীগী মপারীনি হায়বা মতিক্‌চায়। মহাসেনগী মঙ্গল সমাচার শ্রীযুৎনা আসন্দা লেঙ্‌শিন্নিবগা তাবিসি।

রাজা—মহাসেনগী সনা য়াথং। ( ফম্মগী )

কঞ্চু—ঈশ্বরগী কৃপানা য়েরুবনা লৌখিব রাজ্যতু অমুক্ ঐখোয়গী ওইরে। মরমদি ঃ—

পোক্তবনি উৎসাহ থরায়-পাঙ্গল শোন্বদা।
চঙ্‌নবনি রাজ্‌লক্ষ্মী উৎসাহ লৈব মীদা॥ ৭

রাজা—আর্য্য! পুন্নমক অসি মহাসেনগী প্রতাপ্‌ননি। করিনা—

হান্নদি মায়থি পীরগা মচাগুম্ ঐবু য়োক্‌পিখি।
কন্‌খিদে ঐনা মমোঙ্গু নম্‌তুনা হেক্তা ফারক্‌পা॥
মচা শিখে, তানা খঙ্‌না নুংশিবিরি হান্নদৌনা।
নিংথৌমক্কী মপান্ননি বৎসরাজ্য ফংবা ঐমা॥ ৮

কঞ্চু—হঙ্গচ্ছরিবসি মহাসেনগী সমাচারনি। মহারাণীগী মঙ্গলদি ইবেম্ম অসিনা হঙ্গচ্ছগনি।

রাজা—হায়বিয়ু ইমা!

রাণী তরাতরুক্কী অহন্, পূণ্যচেন্নবী লাইগুন্নবী।
ঐনা লাক্‌পদা রাহোরবী, মঙ্গল্ ওইহোবরা ইমাদো ? ৯

ধাত্রী—মহারাণী মঙ্গল ওইহৌই। শ্রীযুৎকী ঙম্নমক্কী মঙ্গল হংবিরকই।

রাজা—ঙম্নমক্ মঙ্গল ওইরিবনিনা ইমা! ঐখোয়স্নু ওইরিদনা!

ধাত্রী— হৌজিক্তি শ্রীযুৎনা অদুক্ হাক্লা থরাই মুঙাইতবা তৌবিরোই।

কঞ্চু—মহাবাজ! সনা পুক্লিং নেম্থবিগনি। শ্রীযুৎনা অস্নুক কৃপা তৌবিরবদবু মহাসেনগী মজাইবেম্মদি লৈখিদ্রবস্নু অমর ওইবে।

কনাবু কন্বা ঙম্বগে মৃত্যুকালদা কনান্না?
থোৌবী তৎলগা ঙম্বগে *চক্রফাবা কনানা?
অঙ্কানি নিয়ম্ মীগীগা পাম্বিগীগা অস্নুন্না।
অমুক্ কডিঙ অমুক্ হৌই মতম ইকাই কাযদনা॥ ১০

রাজা—আর্য্য। মতুম্ হায়বিন্নু,

ঐহাক্কী শিষ্যানি অচাম্বী বাণীনি
মহাসেনগী মচানুপী।
মহাক্পু ঐহাক্না কাউববু কবম্না
মপোক্ অতৈদা ঙম্গনি॥ ১১

ধাত্রী—মহাবাণীনা তাকৃপি—“বাসবদত্তা লৈখিদবে। ঐখোয়গী ইচা-ইযা ওইগে হাযতুনা মমাঙৈদা নহাক্পুদি খন্খ্রবনি, অদুগা মহাসেন অমসুং ঐনা, গোপালক অমসুং পালকপু

* কুংাদগী ঈশিং শোক্লব চক্রু।

সুংশিবগা চপ্‌মান্নবা নহাকপুস্ত সুংশিরিবনি। মরম অতুদগী ঐখোয়না নহাকপু উজ্জয়িনীদগী পুবক্লম্বনি ; অতুগা বীণা তম্বিনবরোম্‌দা হায়জিন্নতুনা *অগ্নি সাক্ষী তৌতুনা বাসবদত্তাবু নঙোন্দা শিন্নরম্বনি। ঙাইঙম্‌দব স্বভাবতগী বিবাহ তৌদ্রিঙৈদা লোন্না পুতুনা চেন্‌খ্রে। অতুবু ঐখোয়না চিত্রবোট অমদা নঙ্গীগা বাসবদত্তাগীগা ছবি যেক্লগা বিবাহ মঙ্গল তৌথোক্লে। চিত্রবোট্‌ অতুমক্‌ নঙোন্দা থাখিবসিনি। মতু য়েংলগা শান্তি ফংবা ওইযু।"

রাজা—আঃ! মহারাণীনা কযাত মতিক্‌ চানা অমস্তু চান্‌বিনা সনা য়াথং তাক্‌পিরক্লিবা!

রাহৈসিনা মমন্‌ হেল্লে বাজ্য ফংবা ময়াম্‌দগী।
দোষ্‌ নৈরবস্তু ঐহাক্‌পু নুংশিবিবদি কাউবিদে॥ ১২

পদ্মা—আর্য্যপুত্র! চিত্রবোট্টা য়াওরিব গুরুজনশিংবু দর্শন তৌরগা খুরুম্‌জনিঙিঙ।

ধাত্রী—সনা মিংযেং তাবিসি. মজাইবেম্মা! সনা মিংয়েং তাবিসি,
( চিত্রবোট য়েংবা )

পদ্মা—( য়েংলগা মথম্বদা ) এঃ হাইমা! করিনোসিদে! ছবি অসিদি আর্য্যা আবন্তিকাগা মান্নখেদা। ( ফোংনা ) আর্য্যপুত্র! ছবি অসিবু আর্য্যামক মান্‌বরা?

রাজা—মান্‌বত্ত নত্তে। মহাক্‌মক্‌ ওইরবোই নিংলে। ওস্তোক্‌পনিদা!

---

* বিবাহ।

কু? নি থিবৈ কবম্না বিপদ্ তম্থিব থোক থিবা ?
খোয থুম্নবব়ু মায্থোঙ্গী মাঙ্হন্থিবা করম্ মৈনা ? ১৬

পদ্মা—আযাপুত্রগী চিত্র য়েংলগা মসি আর্য্যা মাল্লি-মান্নে হায়বা খঙ্গনি।

ধাত্রী—সনামিংথৈ ভাবিযু মজাইবেম্মা! মিংয়েং তাবিযু।

পদ্মা—( য়েংলগা ) আযাপুত্রগা চিত্রগা চপ্মান্নবনিনা মাসিস্থ অর্য্যাগা মান্নে হায়বা খঙ্লে।

বাজা—দেবি! চিত্র য়েংবদগী নথন্নাই হবাও-হবাও অমস্থং তযা-তশোইনা উন্নিবসি কবিননো?

পদ্ম—আযাপুত্র! চিত্র অসিগা চপ্মান্নবা অমা অসিদা লৈ।

বাজা—দেবি! বাসবদত্তাগী—?

পদ্মা—অজ্ঞা!

বাজা—অতুদি থুনা পুবকউ।

পদ্মা—আযাপুত্র! ঐনা কুমাবী ওইবিদৈদা, ব্রাহ্মণ অমনা 'ঐগী ইচম্নি' হায়দুনা ঐঙোন্দা শিন্নদুনা থম্মম্মী। মহাক্তি পতিব্রতানি, নিপা অতৈগা উনদে। অদুনা মহাক্কা ননাই ঐগা লাক্মিন্নরিদৈদা সনামিংয়েং তাবিহে ববদি মশক্ খঙ্বিগনি।

বাজা—

মচন্ ওইবদি ব্রাহ্মণ্গী ওইরম্গনি অতৈ অমা।
অমগামগ থ্বায়্মক্কা শক্মান্নবা উনৈ কয়া॥ ১৭

( চঙ্‌লগা )

প্রতী—ইনিংথৌগী জয় ! উজ্জয়িনীগী ব্রাহ্মণ অমা লাক্লগা হায়রবে—"রাণীগী মথুক্তা মচন্ শিন্নতুনা থনম্মী" । মহাক্পু লৌগে হায়তুনা সনথোঙ্‌দা ভাইহৌরী ।

রাজা—পদ্মাবতি ! ব্রাহ্মণ অতুরা হায়রিবসি ?

পদ্মা—ওইবস্না য়াই ।

রাজা—লৈমাকোন্‌গী হৌনবী ব্যবহাব কায়হন্দনা ব্রাহ্মণবু থুনা মনুংদা পুশিল্লকউ ।

প্রতী—সনায়াথং ইগুবি । ( থোক্‌খিবা )

রাজা—পদ্মাবতি ! নংস্নু মহাক্পু পুরকউ ।

পদ্মা— আর্য্যপুত্রগী সনায়াথং । ( থোক্‌খিবা )

( যৌগন্ধরায়ণনা প্রতীহারীগা চঙ্‌লক্পা )

যৌগ—আ ! ( মথন্তদা )

ফনবগী মহারাজ্‌গী মহারাণীবু লোৎলগা ।
মসি তৌখি ইনীঙ্‌ ভৌনা ঐনা ফবনি খন্দুনা ॥
ঐঙোন্দা করি রাজানা হায়্‌গনি মতু খন্দুনা ।
পুক্লিংদা চিংনরে য়াম্না য়াম্লবস্নু থবক্ মহে ॥ ১৫

প্রতী—মহারাজ অসিদা লৈরে । আর্য্য ! সনানাক্তা চঙ্‌বিসি ।

যৌগন্ধ—( চঙ্‌শিনগা ) জয় মহারাজগী জয় !

রাজা—মমাঙৈদা তাখিব স্বর মাল্লিদা ! হে ব্রাহ্মণ ! মহাশয়না নচন্ ইবেম্মবু পদ্মাবতীদা শিন্নতুনা থম্বিরম্বরা ?

যৌগন্ধ—অস্তা।

রাজা—অদুদি মহাক্কী মচন্ থুনা পুরকউ।

প্রতী—সনা য়াথং ফিগাও শাজরি। (থোকথিবা)

(পদ্মাবতী, আবস্তিকা, প্রতীহারী চঙ্লক্পা)

পদ্মা—লেঙ্বিরকউ আর্য্যা! মুঙাইব পাউ অমা পীজগে।

আবস্তি—করিনো করিনো?

পদ্মা—আর্য্যাগী নবুং লেঙ্লক্লে।

আবস্তি—লাইবক ফৈদা, মহাক্না ঙসিদি ঐবু নিংশিংবিরে।

রাজা—পদ্মাবতি! মহাক্পু হন্দোক্পিখো। শিন্নবন্ব পোত্তি সাক্ষী মমাঙ্দা হন্দোক্লবনি। অদুনদি আর্য্য রৈভ্য অমসুং ভদ্রমহিলা অসিনা সাক্ষী ওইব তারে।

পদ্মা—আর্য্য। আর্য্যাবু লৌশিন্বিরো।

ধাত্রী—(আবস্তিকাবু মুন্না য়েংলগা) আঃ! মজাইবেম্মা বাসবদত্তানিনা'সিদে!

রাজা—করিবো? মহাসেনগী মজাইবেম্মরা? ঐগী দেবি! পদ্মাবতীগা লোয়ননা মন্নুংদা চঙ্লকউ।

যৌগন্ধ—য়াদে, য়াদে, মন্নুংদা চঙ্বা য়াদে। মহাক্তি ঐগী ইচম্মক্নি।

রাজা—করি ন্নানো হায়বিরিবসিবো? মহাক্তি মহাসেনগী মচা নূপীমক্নি।

যৌগন্ধ—মহারাজ!

ভারত বংশদা পোক্রব মশাবু থুত্নম্ চঞ্জব
লৌশিংশিংব মবুক্ শেংব রাজধর্ম্ম গুরু ওইব,
হৌনদে নংনা নমত্নুনা ফাবা ॥

রাজা—ফরে, ফরে। মশক্ মান্নবরা যেঙঙসি। কোক্থুমফী হাইদোক্উ।

যৌগন্ধ—ঐখোয়গী মহারাজগী জয়!

বাস—জয় আর্য্যপুত্রগী জয়।

রাজা—কয়াত ঙক্নবা! মসিনা যৌগন্ধবায়ণনিদনা। অমসিনা মহাসেন পুত্রীনিদনা!

ভাইবংলা মঙলা অত্নুবু, উরিবসি ঐনা মাবু।
অসুম্না উখি হান্নসু, লৌনম্নম্মি মত্নুদসু ॥১৭॥

যৌগন্ধ—ইনিংথৌ! দেবীবু লোচ্চরুবদগী অপরাধ লেপ্পা লঙজরে ননাইনা। অত্নুনা, প্রভু! ননাইবু ক্ষমা তৌবিগনি।

( অসি হায়রগা চরন্দা তুবা )

রাজা—( কোন্থৎলগা ) নহাক থাঙ্গেশেংব যৌগন্ধবায়ণমক্লি।

অঙাওব শাশিন্নত্নুনা যুদ্ধ-নচিংব তৌত্নুনা।
শাস্ত্র-মন্ত্রণা পীত্নুনা অম্সুম্ব নঙ্গী যত্নন্না।
ঈরাক্নরব ঐখোয়ধু কম্বিরবনি নহাক্না ॥ ১৮

যৌগন্ধ—ননাই ঐখোয়দি ইনিংথৌগী ভাগ্য মপান্ তাংজবত্তনি।

পদ্মা—ফরেদা! আর্য্যা অত্নু শোয়দরেদনা। আর্য্যা! মরূপ্ মপাঙ্গুম্ খন্দুনা মর্য্যাদা বেভার কয়া কায়খরে। মত্নুগীদমক ইকোক্ নোম্না ক্ষমা নিজরি।

বাস—( পদ্মাবতীধু কোনুখৎলগা ) হৌগৎলো হৌগৎলো, মধুভো-থানদবি ! হৌগৎলো। অনীবগা মরী লৈনরুব দেহ-অসিনা লাম্বনি।

পদ্মা—ঐবু চাম্বিরে।

রাজ—চান্নব মক্কপ ! যৌগন্ধরায়ণ ! করি ধুদ্ধি তৌবদগী নংনা দেবীবু লোৎলুরিবা ?

যৌগ--কৌশাম্বীত কনগে তৌজবদগীনি।

রাজ—অহুদি পদ্মাবতীগী মথুত্তা শিন্নবস্বগী মরমদি ?

যৌগ--পুষ্পকভদ্র-নচিংব জ্যোতিষীশিংনা ইনিংথৌগী রাণী ওইগনি হায়বিখি।

রাজ—রাবম্ অসি রুমণ্বান খঙবরা ?

যৌগ--ইনিংথৌ ! খ্বাইমক্না খঙিঙ ।

বাজ—এঃ ! কয়াত মধুকশেংদব রুমণ্বান্নো !

যৌগ--ইনিংথৌ ! ফরে অহুদি, রাণীগী মঙ্গল সমাচার হঙ্গৎলুনবগী আর্য্য রৈভ্যগা মাননীয়া বসুন্ধরাগা ঙসিমক্ হল্হন্খরসি।

রাজ—য়াদে, য়াদে। দেবী পদ্মাবতীস্ু য়াওনা ঐখোয় পুন্নমক চৎকনি।

যৌগ--ইনিংথৌগী সনা য়াথং য়াজরি ক্বীগাও শানা।

ভরতকী য়াথং

হিমালয়-বিন্ধ্য-কুণ্ডল্-থোঙ্ব,
পৃথ্বীপুম্ববু সাগর য়োঁব,
মরুম্দা ছত্র অমত্তুগী,
রাজ্সিংহনা ঙাকৃন্ন্ ঐখোয়গী ॥ ১৯

( অুমক থোক্‌খিবা )

তরুকৃশুব অঙ্ক লোইরবা

---

* স্বপ্নবাসবদত্তম্ লোইরবা *

ওঁ তৎসৎ-শ্রীকৃষ্ণার্পণমস্তু ।
ওঁ শান্তি i শান্তি ii শান্তি iii
রত্নাকর রসরন্ধ্রেন্দু খৃষ্টাব্দস্য
গ্রহমাসস্যাগ্নিদৃক্ দিবসে
সৌম্যবাসরে সমাপ্তমিদম্ নাটকম্ ।

# পরিশিষ্ট।

## (ক) নাটক অসিগী সংক্ষিপ্তবিবরণ।

মমাঙ্গী মরীঃ—রাজাউদয়নগী মহাশত্রু আরুণীনা বৎসরাজ্যগী অংশ অমা লৌশিন্থরে। যৌগন্ধরায়ণ কৌব উদয়নগী কূটনীতি খঙ্গব মন্ত্রীনা মহ অমুক হন্না লৌশিন্নবগীদমক মগধরাজগা মরূপ শান্ন-নবগী কন্না হোৎনরম্মী। মহাক্না রাখন অস্থুম্ তৌরম্মী—মগধরাজগী মচন্ রাজকুমারী পদ্মাবতীগা রাজা উদয়নগা বিবাহ তৌরবদি মহাক্কী থবক মহৈ য়ান্গনি। অহৈ-অশিংনস্তু—পদ্মাবতী রাজা উদয়নগী রাণী ওইনি হায়না তাকপিরম্মী। মসিদা বিন্ন ওইরিবদি রাজা মহাসেনগী মজাইবেম্মা বাসবদত্তাদা রাজা উদয়নগী প্রাণ লৃপ্তুনা লৈবসিনি। অহুম্‌কপু যৌগন্ধরায়ণনা পরিকল্পনা ( plan ) অসি বাসবদত্তাদা হায়দোক্লম্মী; মহাক্কী অণুমতি লৌহ্না অনৌব উপায় অমা মহাক্না পুথোক্লম্মী। মতম অহুদা রাজা উদয়ন অমস্তুং বাসবদত্তা লাবাণক কৌব গ্রামদা লৈরম্মী। রাজানা সুমিং থরনিগী মৃগয়া লেঙ্‌খি্রৈঙদা যৌগন্ধরায়ণনা লাবাণক্কী রাজপ্রসাদ (স্নাকোন্সুং) মৈ থাদোক্লম্মী, অহুগা বাসবদত্তা মৈনা চাক্‌খ্রে, অমস্তুং মহাক কন্নবগী হোৎনবদা যৌগন্ধরায়ণস্তু মৈন্সুংদা প্রাণ থাখরে হায়না থোকহল্লম্মী। অহুদগী যৌগন্ধরায়ণনা সন্ন্যাসীগী বেষ শেত্নুনা বাসবদত্তাগা লোয়ননা লোন্না মগধদেশদা লৈব আশ্রম তান্না চংখিরম্মী। তান্না চারুবনা পদ্মাবতীস্তু মমা উনবা আশ্রম অহুদা লাক্লম্মী। মসিদগী নাটক অসি চপ্ চানা হৌরে।

## অহাব অঙ্ক

রাজগৃহ মনাক্কী আশ্রম মনুঙ্গী লম্বীদা।

সারাংশ :—বাসবদত্তাগা যৌগন্ধরায়ণগা আশ্রমদা চঙখিবদা পদ্মাবতীগা থেংনরম্মী। কঞ্চুকীগী মচিন্নগী রাজকুমারী পদ্মাবতীগী দান ধর্ম্ম তৌবগী রা তাবদা যৌগন্ধবায়ণ প্রার্থী অমা ওইরম্মী। পদ্মাবতীনা যৌগন্ধরায়ণগী মচন্ শাবী বাসবদত্তাবু থম্‌গে য়াখি। মতম অদুদা ব্রহ্মচারী অমা থুঙঙদুনা লাবাণক্তা থোক্‌খিব রারম পূন্নমক্ তম্মবদা যৌগন্ধরায়ণ অমসুং বাসবদত্তা অনিমক হরাওরম্মী। যৌগন্ধরায়ণ পদ্মাবতীদগী বিদায় লৌরম্মী।

---

## অনিশুব অঙ্ক

রাজগৃহ-কোণ্ডঙ্গী লৈকোম।

সারাংশ :—থা অমগী মতুংদা বাসবদত্তানা ফাগীফারাং ওইনা পদ্মাবতীদা "মহাসেনগী মমৌও" কৌরম্মী। পদ্মাবতীনসু উদয়নবু পাম্মম্মী। ধাত্রীনা—রাজা দুর্শকনা উদয়ন্দা মচুনু থাজথরে—হায়না পদ্মাবতীদা হায়রম্মী। সুমিৎ অদুমক শুভদিন ওইবনা পদ্মাবতী লুহোংবা তারম্মী। মতুদা বাসবদত্তা মরাইবক থীবসিগী-দমক হুঙাইরমদে।

---

## অহুম্শুব অঙ্ক

### কোন্নুং মনুঙ্গী লৈকোল্

সারাংশ ঃ— বাসবদত্তা মথন্নাই মুঙাইতনা প্রমোদবন্দা লৈরিঙৈদা দাসীনা নবদম্পতীগী মঙ্গল মালা লেংনবা হায়রম্মী। মহাক্না সপত্নীমর্দন কৌব উনা হুন্দোক্তুনা অবিধবাকরণ কৌবা উনা. য়াম্না হাপ্তুনা লৈপরেং লেংলম্মী। আবন্তিকানা (বাসবদত্তানা) পরেং দাসীদা পীবগা অচীকৃপদা মথন্নাই মুঙাইতবা কোন্নবা লাক্নরম্মী।

---

## মরিশুব অঙ্ক

### কোন্নুং মনুঙ্গী শরুক অমা অমসুং প্রমোদবন!

সারাংশ ঃ—পদ্মাবতীগা বাসবদত্তাগা দাসীগা য়াওনা প্রমোদ বন্দা ন্নারী শারিঙৈদা উদয়নগা বসন্তকগা মফম অহুমক্তদা লাক্লম্মী। আবন্তিকা লোত্তুনা থম্নবগীদমক মখোয়না মাধবীলতা মণ্ডপ্তা লোম্না উদয়ন—বসন্তক অনিগী ন্নারি শাবা তারম্মী। পদ্মাবতীগী রূপ্‌গুণ লৈববসু বাসবদত্তাগী স্মৃতি অহু রাজানা কাউবা ওমদে [redacted]রম্মী। বাসবদত্তা হরাওরম্মী অহুগা পদ্মাবতীনা রাজাগী মপুং[redacted] শেংবগী থাগৎলম্মী। বসন্তকনা ঈশিং লোখিন্নৈদা বাসবদত্তা চৎখিরম্মী। পদ্মাবতীনা উদয়ন মনাক্তা

চৎখিবদা বসন্তক মুংশাথিনা অমবোমদা পুথোক্লুনা বাণীদা হায়রম্মী। পদ্মাবতীনা হুংবদা রাজা খুদোং চাদবদা তাবদা বসন্তকনা উদয়নবু রাজা দর্শকী দরবাবদা মক্প মপাং উননবগী থৌরাং তৌহন্খি।

---

**মঙাশুব অঙ্ক**

লৈমকোন্গী শকক অমা অদুগা সমুদ্রগৃহক।

**প্রবেশক ঃ**—পদ্মাবতী নাবা অমস্তুং বসন্তকনা রাজাদা পাও তাকপা।

উদয়ন্না বসন্তকগা লোয়ননা সমুদ্রগৃহকদা চৎলম্মী। পদ্মাবতী লৈরমদবদা রাজানা শয্যাদা চেপ্পুনা ঙাইবদগী মুঙাইনা নয়ন য়াওনা চেপ্লম্মী। বসন্তক চৎখিদৈদা বাসবদত্তা লাক্লম্মী। মৈ মশেন্-মরাং তৌবদা রাজানি হায়বা খঙদবদগী রাজাগী ময়াদা হিপ্থরম্মী। রাজানা মমঙদা বাসবদত্তাবু কৌরম্মী। মতুদা বাসবদত্তানা মঙ মঙলিব রাজাপা ব্রারি শারম্মী। বাসবদত্তানা নিংথৌগী মখুৎ থাঙংলম্লগা থোক্খিবদা রাজানা মিকপ্ থোরক্লুনা মহাকপু তান্নগে হোৎনরম্মী। বসন্তকনা ভুল নত্রগা মঙনি হায়দুনা থেম্জিল্লম্মী। অদুবু উদয়ন থাজদনা লৈরিঙৈদা মন্ত্রী রুমথান্না তেঙ্গোন ময়াম্ পুন্না আরুনী হাৎনবা খুঙ্গরে হায়না কঞ্চুকীনা হায়রম্মী। নিংথৌসু খুদক অদুদা লান্ য়াওরম্মী।

---

## তরুকপুব অঙ্ক

### কৌশাম্বী রাজধানী।

স্নমিৎ থরনি, জৈকপা :—বৎসরাজ্য ফংলে। রাজানা ইথং থংহৌদনা বীণা মখোন্ স্বর্য্যমুখ শজাইদা তাবদা বাসবদত্তাবু নিংশিংলক্পদা য়াম্না খোয়রাংলম্মী। মতম অসিদা রৈভ্যবংশগী কঞ্চুকী অমস্থং মহারাণী অঙ্গারবতীনা থারকপ্ম ধাত্রী লাক্কুনা রাজাদা—বৎসরাজ্য ফংবদা মহাসেন্না স্নুওহিবগী পাউ তম্নম্মী অতুগা উদয়ন অমস্থং বাসবদত্তা অনিমক্কী ধর্ম্মশাস্ত্র মতুংইম্না বিবাহ তৌথিবগী মহারাণীনা পীরকপা চিত্র পীরম্মী। পদ্মাবতীনা চিত্র অদু য়েংবদা আবন্তিকাগা চপ্মান্নব ছবি উবদা আবন্তিকাবু কৌরম্মী। থূদক্ অদুমক্তদা যৌগন্ধরায়ণ লাক্কুনা মহাক্কী মচন পীবিনবা হায়রম্মী। যৌগন্ধরায়ণনা বাসবদত্তা লোঃত্তুনা থম্বগী অমস্থং লাবাণক্তা শিখ্রে হায়বগী ওইদব তোক্ণ্ডা অদুগী রহস্য অদু শেংনা হায়দোকপদা থ্বাই পূম্নমক্ ওক্করম্মী। রাজানা যৌগন্ধরায়ণগী থবক অদু য়ারম্মী অমস্থং তৌবিমন্ উৎলম্মী। পদ্মাবতীনা বাসবদত্তাদা ক্ষমা তৌবিনবা হায়জরম্মী! থ্বাই পূম্নমক স্নুওাইনা মিলন ওইখি।

---

## (খ) সংস্কৃত নাট্যগী সন্ধি মঙা।

## ( Junctures of the plot )

বিষয় অমা পাঙথোক্নবগীদমক ভোঙান্ ভোঙাব ব্রাঙাং ময়াম অদু অমগামগা বিষয় অমত্তদুমক্তী সম্বন্ধ লৈনববু সন্ধি কৌই। সন্ধি অসি মখল্ মঙাগুই; "নাটকং খ্যাতবৃত্তং স্যাৎ পঞ্চসন্ধি সমন্বিতম্" সাঃ দর্পন। মদুদি ঃ—মুখ, প্রতিমুখ, গর্ভ, বিমর্শ ( অবমর্শ ) অমসুং নির্বহণ (উপসংহৃতি)।

মুখসন্ধি —নাট্য-বীজ থোকৃষম, মখল্ মখা অয়াম্ব-নাটকী থৌথোক অমসুং রসগী অহাব থোরকৃকম্ অমদি কোংদোকফম্ অদুবু মুখ সন্ধি কৌই। মসিদগী plot অদু মথং মথং চথরকই। স্বপ্ননাটকম্গী মুখসন্ধিদি রাণী বাসবদত্তাবু পদ্মাবতীদা শিন্নরবদগী হৌরে'। বীজদি যৌগন্ধরায়ণগী ব্রাহৈ অদুনি "ঐ প্রার্থী অমনি"। ব্রাঙাং অসিদগী plot অসি মথং মথং চথরক্লে।

প্রতিমুখ ঃ—অস্থুম্ মথং মথং চথরকপসিনা plot অদুগী মূল উদ্দেশ্য পাংথোক্নবা মুখসন্ধিদা তাকই। 'মুখ' দা থাখিব বীজ অদুগী অংশ অমদা খজিক্তং ময়োল চোংলগা অমুক্ উবা অদুগা করি করিগুম্বদা মাঙখিবগুম্ তৌববু প্রতিমুখ কৌই।

অনিগুব, অহুমগুব, অমসুং মরিগুব অফশিং প্রতিমুখ সন্ধিনি। বাসবদত্তা অসি রাজা উদয়নদা লুহোংব পদ্মাবতীগা য়াম্না তিন্ন-খোংনদুনা লৈমিনৈ; নায়ক-নায়িকা মিলন ওইনবগী অবস্থা-ময়াম্ হায়রি।

গর্ভসন্ধি :— মহৈগী উপায় মপুং ওইরিব মশ্নোন্ চোংবা বীজ অদু থোইদোক্লা মকারাম্না উখোরকই; অদুবু মহৈ য়ানুগনি য়াম্লোই হায়বদি চিংনরি। মদু অমুক্তা অবস্থা·চানদবগী মরায় চায়থরক্পা অমসুং অমুক্ থিদুনা হুমদুনা ঈরোইনব ফিভম্ তানবা হোৎনবদুবু 'গর্ভ' সন্ধি কৌই।

'স্বপ্ন' দা নায়ক-নায়িকা ভাইহাক্তঙ্গীদমক সমুদ্রগৃহকদা উনরে। বাসবদত্তানা শোক্পদা রাজা মিকপ্ থোক্লুনা মহাক্পু ফাগে হোৎনরম্মী "ভাইখো ভাইখো" হায়রম্মী। মসিদা গর্ভসন্ধি লোইরে।

বিমর্শসন্ধি :—গর্ভদগী অমুক্ হেন্না মকা ফন্দোরক্লব বীজগী-দমক শাপ-নচিংব অপম্বনা কৃপ্তুনা থম্ব অবস্থাদুবু 'বিমর্শ' সন্ধি কৌই। সমুদ্রগৃহকদগী মপান্ থোক্খিব বাসবদত্তাগী মতুং ইনগে হায়দুনা রাজানা শুন্দা হোৎনব অদুদগী বিমর্শ সন্ধি হোরে। বাসবদত্তানা স্বাই মাঙখিবদুনা plot কী অরোইব উদ্দেশ্য অদু য়াম্না থুনা ফংননবদা মবায় চায়হল্লি। বিমর্শনা সন্ধি মঙাগী মরক্তগী থাইদগী হেন্না শাঙিঙ। নায়ক্ নায়িকাগী বিরহ বর্ণন তৌই। 'স্বপ্ন' দা বাসবদত্তাগী চিত্র উদয়ন্দা উৎপা মতাং অদু ফাওবা য়োই। ৬শুব অঙ্কগী "চিত্রবোট্ অদু নঙোন্দা থাখিবনি। মদু য়েংলগা শান্তি ফংবা ওইয়ু।"

নির্বহণ অমদি উপসংহৃতি :—মসিকী সন্ধি মরিদা মথক মথা মুখ্যাব মওংদা মকারাম্থিব বীজ য়াওব বিষয়শিংদু পূর্ণিরক্লুনা

অচিন্ অমত্তা ওইরকপা অবস্থা অমুধু নির্বহণ কৌই। মসিদা বীজ অমু মহৈ.ওল্লকই, মাগী মতেং ওইরকপা ময়োন্ চোংবা, মনা পাল্লকপ', মপান প্রাৎপা, পান্নীগী মশা-মরেং-মনা মপান্-মচিংব মহৈ য়ান্দুনা মুখ্য অর্থ অমত্তমক্ উৎলি। Final object ফংননবগী বিম্নি, পূম্নমক নির্বহণদা লৈহন্দে; নায়ক-নায়িকাগী happy union ওই। পদ্মাবতীনা চিত্র য়েংলগা উদয়ন্দা চিত্রগা আবন্তিকাগা য়াম্না শকমান্নৈ হায়ব অমুদগী উপসংহৃতি হোরে। "ছবি অসিদি আর্য্যা আবন্তিকাগা মান্নখে্রা।" যৌগন্ধরায়ণ অমসুং বাসবদত্তাগী মশক্ উৎপা অমুদা নির্বহণ সন্ধি লোইরে। অমুদগী "ভরতকী য়াথং" দা লোইশিল্লে। ভরতকী য়াথং অসি 'প্রশস্তি' কৌবা নির্বহণগী অঙ্গ অমনি।

---

## (গ) সংস্কৃত ছন্দ

## Rhythm

পাদ মরিনা পদ্য (শ্লোক) শাই। পাদ খুদিংদা মশিং অকক্লব অক্ষর (Syllables) অমসুং মাত্রা (measures) লৈ। অক্ষরনা শাববুনা বৃত্ত অমুগা মাত্রানা শাববুনা জাতি কৌই। বৃত্ত মখল অহুম্ ওই—সম, অর্দ্ধসম, বিষম। পাদ খুদিংগী অক্ষর মশিং মান্নরবদি সমবৃত্ত কৌই। তথাই তথাই মান্নরগা অর্দ্ধসম বৃত্ত কৌই। হ্রস্ব-দীর্ঘ স্বরগী মতুংইন্না অক্ষরগী

লঘুম ( অয়াংবা ) অমসুং গুরুম ( অরম্বা ) লৌই। অনুস্বার-বিসর্গ দীর্ঘস্বর অমা, অমব মতুংদা হেক্তা থরব সংযুক্ত বর্ণগী মমাংথংব ময়েক অমসুং পাদগী অরোইব হ্রস্ব স্বর তপ্প ময়েক্ন বিকল্পদা গুরু ( অরম্বা ) ওই। "সানুস্বারশ্চদীর্ঘশ্চ বিসর্গীচ গুরুর্ভবেৎ। বর্ণসংযোগ পূর্বশ্চ তথা পাদান্তগোহপিবা॥"

অক্ষর অহুম অহুম্না গণ অমমম শাই। গণ তরানি। মসিদি :—

মকোক্ ময়ায় অরোইবদা য র ত না অয়াংবনি।
ভ জ স না অরম্বনি ম ন না অরম্-অয়াংনি॥
গ গা ল গা মথংশিংদা অরম্বনি অয়াংবনি॥

| | |
|---|---|
| য = ০ — — | ম = — — — |
| র = — ০ — | ন = ০ ০ ০ |
| ত = — — ০ | গ = — |
| ভ = — ০ ০ | ল = ০ |
| জ = ০ — ০ | |
| স = ০ ০ — | |

গণ তরা অসিনি
গ = গুরু = অরম্বা
ল = লঘু = অয়াংবা

১। অনুষ্টুপ্ :—অক্ষর ৮ না শাব পাদ মরিনি। মসি সমবৃত্ত নি ; মথক য়াম্মী। য়াম্না সাধারণ ওইনা চংনবদি বক্তু অমদি শ্লোক কৌই। মসুদি—

তরুকৃত্তব অরম্বনি মত্তাশুব অয়াংবনি
অনিশুরি শুব পাদ তরেংশুব অয়াংবনি।
অতৈ অতৈ ওম্নমক্তা অরুম্ব ডাক্ত ওইগনি॥

"শ্লোকে ষষ্ঠং গুরুজ্ঞেয়ং সর্বত্রলঘুপঞ্চমম্।
দ্বিচতুঃ পাদয়োর্হ্রস্বং সপ্তমং দীর্ঘমন্যয়োঃ॥"

(ক) মণিমালা = ত য ত য
(খ) ইন্দ্রবংশ = ত ত জ ব
(গ) জলধরমালা = ম ভ স ম

৩। বৈশ্বদেবী = ম ম য য
৪। বিদ্যুন্মালা = ম ম গ গ
৫। শালিনী = ম ত ত গ গ

৬। বসন্ততিলক = ত ভ জ জ গগ
১ন্‌ব অহুগী শ্লোক ১৩ শুব শালিনী অমসুং বসন্ত তিলক য়াম্নবনি।

৭। ত্রিষ্টুভ— গন অবেপ্পা লৈতে অক্ষব ১২ না শাই। (গীতাগী অঃ ২গী শ্লোক ৬কী ১ ন্‌বা লাইন্‌) অদুগা ৪ শুব অহুগী শ্লোক ৩ শুবা।

৮। গায়ত্রী—অক্ষর ৮গী পাদ অহুমগী শ্লোক অদুগা গণগী অরেপ্পা লৈতে।—৫ শুব অহুগী ৩ শুব শ্লোক।

৯। দীর্ঘ ত্রিপদী বাঙ্গালাগী ছন্দ অমনি। অক্ষর ৮।৮।১০ না শাই; নিপান/নিপানগী মমৈ তাবা মায়ে অদুগা ১০ গী মমৈ অদু হেক থংনব মথাগী ১০ গী মমৈ থংবগা মায়ে।

১০। **লঘুত্রিপদী**—মসিস্থ বাঙ্গালা ছন্দ অমনি। মসি অক্ষর ৬।৬।৮ না শাই; ৬।৬ কী মমৈ তাবা মান্নৈ অহুগা অহাম্ব ৮ গী মমৈগা হেক্ থংনবা ৮ গীগা মমৈ তাবা মান্নৈ।

১১। **যুগ্মকম্**--শ্লোক অনি তিন্নবগা সমাপিকা ক্রিয়া ( Finite verb ) অমত্তা ওইরবদি যুগ্মক কৌই। শ্লোক অহুম্ তিন্নগানা 'বিংশেষক' শ্লোক মরি তিন্নগনা 'কলাপক' অহুগা অহুদগী হেল্লগনা 'কুলক' কৌই। ( সাঃ দর্পণে ৬।২৮৮ )

---

## ছন্দ-বিবরণ

| ছন্দ অমিং | অঙ্ক | শ্লোক্ |
|---|---|---|
| মণিমালা, জলধরমালা, ইন্দ্রবংশ | ১ | ১ |
| ত্রিষ্টুপ্ | ১ | ৫ |
| | ১ | ১৩ (ক) |
| | ৪ | ৩ |
| বৈশ্বদেবী | ১ | ৯ |
| অনুষ্টুপ্ | ১ | ১০ |
| | ১ | ১২ (খ) |
| | ৪ | ৫, ৭ |
| | ৫ | ৮, ১১, ১২, ১৪, ১৫ |

| ছন্দ মমিং | অঙ্ক | শ্লোক |
|---|---|---|
| বসন্ততিলক, লোলা | ১০ | ১১ |
| বসন্ত তিলক | ১ | ১৩ (খ) |
| ত্রিপদী | ১ | ১২ (ক) |
| | ৫ | ৩ |
| লঘু ত্রিপদী | ৫ | ৪ |
| বিদ্যুন্মালা | ১ | ১৪ |
| | ৫ | ৬, ৭ |

## (ঘ) অলঙ্কার

১। অর্থান্তরন্যাস— সামান্যনা ( general ) বিশেষবু ( particular ) অনদি বিশেষনা সামান্য সমর্থন তৌবা অমসুং থবক্না ( effect ) কারণবু ( cause ) নত্রগা কারণনা থবকপু সমর্থন তৌবদা 'অর্থান্তরন্যাস' অলঙ্কার ওই।
মন্থদি :—

অহান্থ অঙ্কগী ৪ শুবা শ্লোকী অরোইব পরেং অনি :—

"চংলি মতম খোঙলে ইন্না অন্না-মুঙাইব-পরেংনা।
উরু উরু লৈবগুম্না কাখোঙ্গী মশা পরেংনা॥"

মসিদা—'কাখোঙ্গী মশা পরেংনা উরু উরু লৈবগুম্না' হায়বা বিশেষ ( particular ) অসিনা—'অন্না-মুঙাইব-পরেংনা···চংলি'···হায়বা সামান্য ( general ) অসিবু সমর্থন ( support ) তৌরে; অহুনা—অর্থান্তরন্যাস নি।

মসি 'উপমা' অলঙ্কার নুনি।

২। উপমা—অখণ্ডব পোৎ অমগা খরা রাৎনা খণ্ডব পোৎ অতৈগা তুলনা তৌত্নুনা খণ্ডদব পোৎকী মশক লেপ্পবু উপমা-অলঙ্কার কৌই। মসিগী অঙ্গ মরিনি:—উপমান, উপমেয়, সাধারণ ধর্ম্ম অদুগা মান্নব অমদি চাংদম্নব খণ্ডনব শব্দ। মথক্কী উদাহরণ অসিদা:—

| উপমেয় | উপমান | সাধারণ-ধর্ম্ম | মান্নবনচিংব রাহৈ |
|---|---|---|---|
| অরা-মুণ্ডাইবা | কাথোং মশা | মথং মথং চৎপা | গুম্না। |

অসিগুম্বজাংসি পূর্ণোপমা কৌই।

অর্থান্তরন্যাসগী খুদম্ অমা—১ ন্‌ব অঙ্ক ১১ শুব শ্লোক। 'পদ্মাবতী নিংথৌগী বাণী ওইগনি হায়ব থাজবদগী' কারণ (cause) না 'ঐনা অমুম্ তৌবনি'—কার্য্য (effect) সমর্থন তৌরে। অদুগা অমুম্—'পাজিগী রাহৈ খ্বাইনা লৌনরব অসি লাম্থোক্নুনা বিধিনা চৎপিরোই' —হায়বা সামান্য অসিনা নিংথৌগী রাণী ওইরকপগী থাজবা—রিশেষ অসিধুমু সমর্থন তৌই।

৩। কাব্যলিঙ্গ—করিগুম্ব পদ অমদি বাক্যগী অর্থ ব্যঞ্জনানা (by implication) হায়গদৌরিব বিষয়গী মবল্লি হায়না লৌনব মতমদা কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কার ওই। মবম অদুদি implicative or suggestive ওইগনি। direct কারণ হায়রবদি চমৎকারিত্ব লৈতবনা কাব্যলিঙ্গ ওইরোই। কারণ অদুদি হায়রিব পদ অমদি বাক্যগী মনুংদা লৈমান্নে হায়না

উৎকনি। মতুদি :—অহাম্ব অঙ্কগী ৯ শুব শ্লোক—'পুরুচেল্ তপ্পা, জ্ঞান্-ধর্ম্ম লেবনা'—ইচল্গী লমচৎ ঙাকপা ঙম্বগী—কারণ ওইনা উৎলে। (implied) অহুনা কাব্যলিঙ্গনি। শ্লোক ১। ১৫ শুবমু-কাব্যলিঙ্গনি। অহুগা ৪। ৩ শ্লোকসুনি।

৪। স্বভাবোক্তি—কবিশুম পোৎ অমগী রূপ-গুণ নচিংবা কূপ্পা, মতিকচানা অমদি চমৎকার ওইনা বর্ণনা তৌববু 'স্বভাবোক্তি' কৌই। মতুদি :—

অহাম্ব অঙ্কগী ১১ (ক) শ্লোক :—তপোবনগী রূপ গুণ বর্ণন তৌরি—অহুনা স্বভাবোক্তিনি। অহুগা মরাম অসিনা 'তপোবন' ওইরম্গনি হায়বগী suggestion পীরি : অহুনা কাব্যলিঙ্গসুনি। শ্লোক অসিদা· সমাপ্ত পুনরাবর্ত্ত দোষ (লোইশ্রুর অমুক হন্না হায়ব দোষ) লৈ। 'শোয়দ্রে তপোবনি'---হায়রবা মতুংদা 'মৈখু থুরি অরাম্বদা' হায়বনা বাক্য সমাপ্ত ওইরগা অমুক হন্না হায়। অদুবু গণপতি শাস্ত্রিনা অমবোমদা ব্যাখ্যা তৌই—'অত্তে মরম্ অমমুক ওইরবসু নিশ্চয় ওইবত্থ re-affirmed তৌবনি' হায়। —শ্লোক ১৬, ৪/৬শুবসু-স্বভাবোক্তি-অলঙ্কারনি।

৫। ব্যতিরেক :— উপমান্দগী উপমেয়না হেন্না ফনা অমদি য়াৎনা হায়বদা ব্যতিরেক অলঙ্কার ওই। মতম অয়াম্বদা অরাৎ-অহেন্গী মরম্ উৎপসু য়াওই, অদুদা অয়াম্বদা

উত্তুবস্নু লৈ। মসি মখল অনি থোকই। হেন্‌গৎপনা উৎকর্ষাত্মক অত্থগা য়াৎলগনা অপকর্ষাত্মক ব্যতিরেক কৌনৈ। মত্থদি ঃ—অহাব অঙ্ক শ্লোক ১৩ (ক)—

'চক্রবারা মহাক্নুম্ (বাসবদত্তা) য়াদে'—

| উপমেয় | উপমান |
|---|---|
| বাসবদত্তা | চক্রবাক্ |

মসিদা উপমেয়না হেন্না হায়রে অত্থগা উৎকর্ষাত্মক ব্যতিরেকনি।

। বিষম অলঙ্কার ঃ—মান্নদব পোৎ চমৎকার ওইনা বর্ণন তৌববু বিষম অলঙ্কার কৌই। কার্য্য (effect) অমসুং কারণ (cause) অনিদা খেন্নব লৈরবা, অমদি অহৌব থবক অমা মহৈ য়াব্দবা নত্রগা undesired পোৎ অমা ফংবা (হায়বদি কারণদগী ফংকম থোকপ মহৈ অত্থগী মহুত্তা পাম্‌দব, থব্দুবা মহৈ অমা থোরকপ) নত্রগা, বিরুদ্ধ পোৎ অমা থোরকপা (মফম্ অমত্তদা অসম্ভব ঘটনা অনি তিম্মনা থোক্‌পধু বিরুদ্ধ পোৎ থোকপা কৌনৈ) মসি ওইরবদি বিষয় অলঙ্কার কৌই। পূর্ণমক অসিদা বি-ষম = মান্নদব পোৎকী বর্ণনা তৌই। মত্থদি ঃ—৪শুব অঙ্কগী ১ব শ্লোক—

"থাবিররে……ঐগ্রোন্দা"—অসিনা পদ্মাবতীদা প্রেম্ লৈবা তাক্লে। "তেম্মওার্ড……তরুকৃণ্ডবনা"—অমদনা তেম্মুত্তানা—

পুন্নপ্‌ থাবা— হায়বদি বাসবদত্তাবু নুংশিবনা, অত্তৈদনা তরুকৃশুব-তেন্‌ অমত্তনা থাবা— হায়বদি পদ্মাবতীবু নুংশিবদগী হেম ধ্বনি ওইরে (implied)। মফম অমত্তদা অসম্ভব ঘটনা অনি তিন্ননা থোক্লরে; অদুনা বিষম অলঙ্কারনি।

৭। **উৎপ্রেক্ষা**ঃ—হায়বদি সংশয়। উপমেয়বু য়াম্না মান্নবদগী উপমাননি হায়না চিংনবা মতমদা উৎপ্রেক্ষা ওই। অমরোমদা হায়রগা—উপমান পোত্তা উপমেয় ওইব-য়ায় হায়না লৌবদা উৎপ্রেক্ষা ওই। মসিদা সংশয় ভাব লৈগনি অদুগা সংশয় অসিদা উপমাননা হেন্না কনগনি। মদুদি ঃ—৪শুব অস্কগী ২শুব।

**শ্লোক**ঃ—মসিদা স্বভাবোক্তিদা উপমা অমসুং উৎপ্রেক্ষা য়াওই। উপমেয়—উরোক ময়াম্‌ পাইরিবদু উপমান অতিয়া অনিথোক্না খায়ব ওইরমান্নে হায়না চিংনরে; অদুনা উৎপ্রেক্ষানি। মসিদা উপমা অলঙ্কার ঃ—

| | | |
|---|---|---|
| (ক) | উপমেয় | উপমান |
| | উরোক পরেং | সপ্তর্ষিমণ্ডল |
| (খ) | অতিয়া | লীন্‌ মবুক্‌ |

স্বভাবোক্তি + উপমা = সঙ্কর অদুগা উৎপ্রেক্ষাগা সংসৃষ্টি ওইরে।

৮। **বিশেষোক্তি**ঃ—কারণ (cause) লৈরগা কাজ (effect) দি করিসু থোক্তব মতাংদা বিশেষোক্তি। অওইবদি কাব্যদা

নিংথিজবা অমদি চমৎকারিত্ব শেম্নবগীদমক্তা অসিগুম্ব থবক থোকপা মতমদা বিশেষোক্তি ওই। বিভাবনাগা চপ্‌চানা ওন্নতৈনবনি। খুদম—৪শুব অঙ্কগী ৪ শ্লোক—মসিদা 'লম্‌চৎ বেভার-শক্‌-রাশী' কারণদি লৈরে অদুগা মসিগী ফলদি ( effect ) লৈতরে। অদুনা বিশেষোক্তিনি। অদুগা ৫/১ শ্লোকস্তু বিশেষোক্তিনি।

৯। ব্যাজোক্তি :—অরোম্ব বিষয় অমা খণ্ডনরবস্তু ওইদব অমা হায়জিন্দুনা মদু লোৎপা মতাংদা ব্যাজোক্তি অলঙ্কার ওই। মদুদি :—৪শুব অঙ্কগী ৭শুব শ্লোক—অসিদা রাজানা বাসবদত্তাগীদমক্ শুঙাইতদুনা মমিত্তা মপি তাবদু পদ্মাবতীদা ওইদব অমা— 'মুংশিৎনা হুমদুনা কাশ লৈরিক চঙ্‌বনা পি তাবনি' হায়দুনা অরোম্ব রা অদু লোৎলে। অদুনা ব্যাজোক্তিনি। শ্লোক অসিদা কাব্যলিঙ্গস্তু য়াওবি। কাশ লৈরিক্না পি তাবগী মরম ওইনা লৌরে।

১০। অপ্রস্তুতপ্রশংসা :—হায়রোইদব বিষয় হায়দুনা হায়গদব আসল বিষয় তাক্‌পবু অপ্রস্তুত প্রশংসা অলঙ্কার কৌই। থাজৈশেংনা হায়গদবা নত্তব বিষয় অদুবু ( উপমান ) অপ্রস্তুত কৌই, থাজৈশেংনা হায়গদবনা ( উপমেয় ) প্রস্তুত কৌই। হায়রোইদব হায়দুনা হায়গদব তাক্‌পব অপ্রস্তুত প্রশংসা কৌই। মদুদি :— ৪শুব অঙ্কগী ৯শুব শ্লোক। — মসিদা ..— " মীদি সংসারসীদা হোঙ্‌বনি " উপমান হায়রোইদবসি হায়বনা- উপমেয় মগধরাজ অমস্তুং উদয়নবু ভাবনা খণ্ডহল্লে।

অতুনা অপ্রস্তুত প্রশংসা অলঙ্কারনি। মসিদা তুল্যযোগিতা অলঙ্কারসু য়াগুই। শ্লোক ৬।৭ য়ুনি।

১১। তুল্যযোগিতাঃ—প্রস্তুত (উপমেয়) অমদি অপ্রস্তুত (উপমান) পোৎপু গুণ নত্রগা ক্রিয়া অমত্তনা তিন্নহল্লবদি তুল্যযোগিতা অলঙ্কার ওই। গুণ নত্রগা ক্রিয়াগা লোইননা মান্নবগা তিন্নবদা তুল্যযোগিতা ওই। মতুদি :—মথক্কী খুদম অসিদা 'মীধু সন্মান তোষ' অমসুং 'মতিক মগুণ চেষ'—সাধারণ ওইব গুণ অসিধু 'হোঙ্‌বনি' হায়ব ক্রিয়া অমত্তা অসিনা মরি লৈনহল্লে; অতুনা তুল্যযোগিতা ওইরে। খুদম অমগা :—

নোং মুই, অহিং মুই, মুই অমম্ন লৈপাক।
'তুদগী হেন্না মুই, তোম্বি, নকোক্কী শম্না।

মসিদা— 'মুবা' হায়ব গুণ অসিনা নোং, অহিং, লৈপাক অমসুং শম্—মরি অসিবু মরী লৈনহল্লে।

১২। বিভাবনা :— কারণ ( cause ) য়াওদনা কার্য ( effect ) থোক্‌পবু বিভাবনা কৌই। হায়বদি মরম য়াওদনা থবক ওইরবদি বিভাবনা অলঙ্কার ওই। মরম লৈতনা থবক থোক্‌পা ঙমদে। অদুদদি— 'মরম' হায়বদি খ্বাইনা থগুনবা মরমনি; মসিদগীদি থবক থোক্‌না অতৈ কল্পিত ( supposed ) কারণগী মতেংনা থবক পাংথোক্‌নে; কল্পিত কারণ অদু কাব্যদা য়াওরগা উক্তনিমিত্ত বিভাবনা অদুগা য়াওদ্রবা অনুক্তনিমিত্ত বিভাবনা ওই। মতুদি—

( উপমান ) ওইনা ভুল তৌরে। অহুনা ভ্রান্তিমান অলঙ্কারনি।

১৫। **অনুমান**—অতৈ অলঙ্কার অমগা তিন্নবদগী চমৎকার ওইনা কারণদগী কার্য্যজ্ঞান ওইরবদি অনুমান অলঙ্কার ওই। মহুদি ঃ—৫ শুব অঙ্কগী ৪ শুব শ্লোক।

"ফমুংস্থ কৃথদে মায়থফি কৃশিন্দে'

..................থাদোক্লিংদে হেক্ মথন্তা।"

মসিদা স্বভাবোক্তি অলঙ্কারগা তিন্নদা ফমুং কৃশ্বদব-নচিংব কারণদগী মী হিপ্পম্‌দে হায়বসি খঙলে। অহুনা 'অনুমান' অলঙ্কারনি।

১৬। **পর্য্যায়**—পোৎ অমত্তনা ( ক ) মতম অমত্তদা অমদগী হেন্থ আধারদা ( লৈফমদা ) লৈবা, ( খ ) তোঙান তোঙাম্ব মতমদা অয়াম্ব আধারদা মথং মথং লৈবা অহুগা ( গ ) তোঙান তোঙম্ব পোৎ তোঙান তোঙাম্ব মতমদা আধার—অমত্তদা লৈরবদি পর্য্যায় অলঙ্কার ওই। মহুদি ঃ—৬ শুব অঙ্কগী ৮ শুব শ্লোক—'নুমহুনা ফারকপা মমোম্ব ......মচা শিখ্রে ভানা-খঙনা' মসিদা মচা নূপী অহাম্বদা মপাম্‌দা, অহুদগী ঐগীদা, মমৈদা লাইরৈবাক্তা—পোৎ অমত্তনা মতম অমস্থং মফম তোঙান-তোঙাম্বদা লৈরে। অহুনা পর্য্যায় অলঙ্কারনি।

১৭। **দৃষ্টান্ত**—ধর্ম্ম মান্নব পোৎ অনি অমগামগা মান্নৈ হায়না বর্ণনা তৌবনু দৃষ্টান্ত অলঙ্কার কৌই। —মসিদা সাধারণ

গুণগী ভাষা তোঙান্গনি, অদুগা সাধরণ ধর্ম্মছু খন্নবগা থোরকনি। 'মদুদি'-নচিংবা ৱাহৈ য়াওরোই। উপমেয় অমসুং উপমান অনিমক থংনব বাক্য অনিদা তোঙান্না লৈগনি—অদুগা অনি অদু মান্নব উৎনবগীদমক তুলনা খণ্ডনব ৱাহৈ য়াওরোই। সাধারণ ধর্ম্ম অর্থ অমত্তা ওইরোই, অমসুং তোঙান তোঙাম্ব ওইবনা তোঙান তোঙাম্ব ভাষাদা হায়গনি। —দৃষ্টান্তগী সারাংশ : –

| উপমেয় | উপমান | সাধরণ ধর্ম্ম | বাচকশব্দ |
|---|---|---|---|
| বাক্য অমদা | থংনব বাক্য অতৈদা | ভাষা অমসুং অর্থ তোঙাম্ব, অদুগা খন্নবগা থোরকপা | য়াওদব |

৬শুব অঙ্কগী ১০শুব শ্লোক :—

'কনাবু কম্ব ঙন্নগে মৃত্যুকালদা কনানা ?
থৌরী তৎসগা ঙন্নগে চক্ষু ফাবা কনানা ?'

মসিদা

| উপমেয় | উপমান | সাধারণধর্ম্ম | বাচক শব্দ |
|---|---|---|---|
| অহাম্ব বাক্যদা কনাবু (মী) | অনিশুবদা চক্ষু | শিবা কন্‌বা উপমেয়গী তাদনবা ফাবা উপমানগী খন্নবগা শোয়দনা মাণ্ডিঙ, খণ্ডনৈ। ভাষা অমসুং অর্থ তোপ্লে। | য়াওদে |

অদুনা মসি দৃষ্টান্ত অলঙ্কারনি।

১৮। **Apostrophe** :—It is a figure of speech where a writer or speaker turns away from the main subject and makes a sudden, short and impassionate address to a person absent or dead, or to an inanimate object or an abstract idea. মতুদি :—

(ঙ) "নংবুদি কংলেদো, ঘোর্যবতি! ঊবা কংলেদো মাবুদি।"

**শব্দ খরগী অর্থ,** allusion নচিংবা—

অগ্নিসাক্ষী—বরনা মৈগী মমাঙদা কন্যাবু খক্ থাদোক্লোই হায়না রাশিক্পা হায়বদি লুহোংবা।

অবিধবাকরণ—লুখ্রাখিংবী হায়বনি, শব্দগী সাধারণ অর্থদি, অত্থু মনামশিং (ওষধি) অমগী মমিং হায়বনি, proper noun ওইরে; অত্থনা শব্দ অসিমক্ শিজিন্নবনি।

অসন—লৈ অঙাংব অমগী মমিং, বন্দুক, সর্জকন্থ কৌনৈ।

অস্তাচল—থুমিং, তাব চীং। আবন্তিকা—অবন্তি দেশগী মুপী।

উত্তরকুরু— কনাগুম্বনা অরাংথংব সাইবেরিয়ানি হায়। মসি লাইশিঙ্গী লৈফমনি অদুগা চির শান্তিগী লম্নি হায়নৈ। মরক্তদি হিমালয়গী অরাং থংব লমশিংছুম্ম য়াওরম্মী। মহাভারতকী মতমদা তিব্বত অমস্তুং নোংপোক তুর্কীস্তানগী শরুক্ খরম্ভু উত্তরকুরুগী মন্তুংচল্লম্মী।

উৎসাহ = পুক্লিং হন্থদনা হোৎনবা, ঋষিকুমার = ঋষিগী নিয়ম ভঙ্গব নিপামচা, কাশ = লৈ জাৎ অমা, ( মপনি ঙৌনা শাৎপা) কূর্চ = কুশ, ভিংথৌ, পিশুম অনিগী মরক্। কম্বুভ = তার পুন্নবা উনা শাহুনা বীণাগী মনিংদা নপ্প অহু। কুমারী = চহি মঙাগী নূপীমচা, কৈন্যা। ঘোষবতী = রাজা উদয়নগী মিত্রজী বীণানি ( magic lute ) উদয়না সবরশিঙ্গী মখুত্তগী বস্থুনেমিবু কন্‌খি। বসুনেমি বাসুকীগী মনাওনি। মহাক্না বীণা অসিনা শামু তেহন্‌বা শুম্মী। উদয়না বীণা অসি মঙোন্দগী ফখি। বাসবদত্তা বীণা অসি খোংবদা য়াম্না হৈ-শিংলম্মী। ( কথা সরিৎসাগর )। চতুরঙ্গসেনা = শামু,-শগোল,-দোলাই তোংব লাম্মী অহুগা খোঙ্‌মী—মরি অসিগী লাম্মীবু চতুরঙ্গসেনা কৌই। চিত্র-বোট = চিত্রপটগী অপভ্রংশনি, লাইয়েককম্ পাং, অয়েক্‌পা লাই ( চিত্র )। জ্যোতিষী = পাঞ্জী, দক্ষিণ = মতুময়াঙ্বু চপমান্নবা। নুংশিব নিপা ( সাঃ দর্পণ ) পুকচেল্ চাউবা, পুকচেল্ তিংব ( অমরকোষ ) দারু পর্ব্বতক = উনা শাবা চীং অমগী মমিং )।

দেবী = অভিষেক তৌবরী বাণীগী নাম। ( অমরকোষ ); দণ্ড ( বীণা ) = বীণা চৈথোক্। মুমিংকী লোয়নব অহুমগী অমা ( মাঠব, পিঙ্গল, দণ্ড ); শাস্তি ( punishment )। রাজনীতি মখল্ অমা, ( সাম, দান, ভেদ, দণ্ড )। তেঙ্গোল বেহু শেঙ্গী মখল অমা। চৈ, চৈশু। ধাত্রী — মপী; ধন্যা—লাইবক ফবী, পতিব্রতা = মপুরোইব নিংবী, সতী, পর্ব্বততিলক = মূঙ্গী কম্ফম অমগী মমিং। প্রবাল = অঙাংব

পোহাল ; প্রিয়ন্তু = লৈ অমগী মমিং ; বন্ধুক = লৈ অতাংব জাৎ অমা, অসন। বাগ্‌দান্ = ৱা লোইরম্নুমা 'ইচা নুপী পীবে হাযন্নুনা দান তৌবা। বৈদেহী = বিদেহদেশদা লৈবী ; বিজয় = জয, লান্‌ঙম্বা ; বিবাহজয়মালা = লুহোংবগী লৈ পবেং , বিশ্রাম = পোম্খাবা ; ভদ্রে = খঙ্‌নদব, চহি নহা ওইবিবীদা সন্মান তৌনা কৌনব মীঙ্গৌ। ভাগ্য = লাইবক্তা তন্ব, Fortune ; ভার্য্যা = লুহোংম্নুনা লৌব নুপী ; ভোগ = ইন্দ্রিয়না বিষয় চাবা হায়বদি মিৎনা ফজব অথীব নচিংবা য়েংব, নাকোংনা মখোম্তাবা-নচিংব অসিধু ভোগ ( enjoyment ) কৌই। মধু = য়ু, খোইহী, বসন্ত , মহাব্রাহ্মণ = অচৌব ব্রাহ্মণ। মসিদা খজিক্তং করেম্ননা শিজিন্নে। মহিষী = অভিষেক তৌরবী রাণী, দেবী (অমর) মৃতুকাল = শিরমদাই ; যক্ষিণী = যক্ষ। লাইজাত অমগী মমিংনি। মখোয়গী নুপী। রতিপতি = কামদেব। রাজ-লক্ষ্মী = নিংথৌগী লাইরেম্বী, লৈপাক পুবী লাইরেম্বী ; লতামণ্ডপ = উরী-ৱারীগী কুঞ্জ ; শেফালিকা = শিঙ্গারৈ ; সতীত্ব = সতী ওইব মতৌ, ( chasity ) সপত্নীমর্দন = সাধারণ অর্থদি লোম্নবী নৈব হায়বনি ; হিদাক অমগী মমিং-নিনা Proper noun নি। স্বজন = মমা-মপা, মচিন্-মৌপ্‌া, মতোন্-মন্দোল্-নচিংব মখৈবু স্বজন কৌই। সপ্তর্ষিমণ্ডল = ঋষি তরেৎ পুম্না লৈব = The Great Bear or the constellation of the Ursa Major. ঋষি

৭ = মরীচি, অঙ্গিরস, অত্রি, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু, বসিষ্ঠ। সখা = চান্নব মরূপ্। ( কৃষ্ণগা অর্জ্জুনা 'সখা' কৌনৈ )। সমুদ্রগৃহক—ঈশিং ময়ায়দা শাব-কালেন্-য়ুম্ ( Apte ) ঈশিং লৈবা নত্রগা সমুদ্রগী ময়াদা শাব অঈংব প্রমোদ-গৃহ ( pleasure house )। মসি palace দগী খরা লাগ্না লৈনৈ। প্রতিমানাবর্ক্তা অমদি কালিদাসগী মালবিকাগ্নি-মিত্রদা হায়। সূর্য্যামুখ— মুমিৎকা মায়য়োক্লব হায়বদি নোংপোক ওন্ন য়ুম্গী মমিং অমদি বিবাহগী লাইরেম্বী 'সূর্য্যা' গী মূর্ত্তি থম্ব য়ুম্। পণ্ডিত গণপতি শাস্ত্রীনা হায়—সূর্য্যাগী অর্থ লুহোংব নৌরিবী, অনৌবী হায়বদি পদ্মাবতী। অনৌবী পদ্মাবতীগী শঙ্গাইগী মমাং থংব কা। ভাগবত ১০ স্কন্ধ অহাব অধ্যায় শ্লোক ২৯ শ্রীধরগী টীকা। সমাচার = ঈ-পাউ ; সম্বন্ধি = চারো-মৌরোনবদগী লৈনব মরী। ভারতবংশদা পোকপা— শকুন্তলানা পোক্পা দুষ্মন্ত রাজাগী মচা ভরতকী মচা-মশুবু ভারত কৌই। মখোয়গী বংশদা পোক্পা। উদয়ন অর্জ্জুনগী মচা অভি-মন্যুদগী থিথরক্পদা ২৫ শুবনি। ( বিষ্ণুপুরাণ অঃ ৪/২১ )। অর্জ্জুন-অভিমন্যু-জন্মেজয়-শতানিক (১) — অশ্বমেধদত্ত··· শতানীক (২)·· ···—উদয়ন।

---

# অরাম্ব চুমথোক্পা।

| লামাই | পরেং | অরাম্ব | অচুম্ব |
| --- | --- | --- | --- |
| ৪ | ৩ | চূম্মা | চুম্মা |
| ৪ | ২১ | যোগন্ধরামথরণ | যৌগন্ধরায়ণ |
| ৪ | ২১ | ন্তদা | মথন্তদা |
| ১২ | ২৩ | থারবদা | থারব্দা |
| ১৭ | ২ | উদয়ণ | উদয়ন |
| ২৫ | ২১ | আর্য্যাপুত্রবু | আর্য্যপুত্রবু |
| ২৬ | ২ | চটী | চেটী |
| ২৭ | ১৪ | থোংনমব | থোংনমক্ |
| ২৮ | ১৬ | মবকুম্ | মথুকুম্ |
| ২৮ | ২২ | লৈয়ে | লৈরে। |

---